


ডাঃ খাঙেম্বম শামুঙৌগী

(Dr. Khangembam Shamungou)

# ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু

## EIBU AMUKTA KANBIYU



মমী শান্নবী শঙাইগী তেংথাখোল

**Plaintive Laments of a Vanishing Deer – Sangai**

ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু

ফোঙভবী ঃ শ্রীমতি পূর্নিমাশী দেবী

Eibu Amukta Kanbiyu

Published by Mrs Purnimashi Devi

Nambol – 795 134




| | | |
|---|---|---|
| অহানবা ফোঙবা | ঃ | ১৯৯৭ |
| First Edition | . | 1997 |
| কোপী মশীং | ঃ | ১১০০ |
| Copy | · | 1100 |



| | | |
|---|---|---|
| মখুম | ঃ | আর কে জয়কুমার |
| Cover | : | R.K. Joykumar |
| মমল | ঃ | নিফুতরুক |
| Price | : | Fourtysix |
| নমফম | ঃ | সরস্বটি প্রিনটিং ৱার্কস |
| Printed | : | The Saraswati Printing Works,<br>Sega Road, Imphal – 795 001 |

***Eibu Amukta Kanbiyu***

*Published with Financial Assistance from the Central Institute of India Languages (Ministry of Human Resource Deve-lopment, Department of Education, Govt. of India), Manasagangotri, Mysore – 570006, Vide sanction letter No. 51-12(5)/95–96/MPR/GRND, dated March 6, 1997 under the scheme of Grant –In–Aid.*

**অইবগী শগাই লাইরিকশিং**

**শগাই (১৯৯৩)**

***শগাইনা ঐখোয়বু ঙাইহৌরী (১৯৯৬)***

***ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু (১৯৯৭)***

***সনামানবীগী মীৎয়েং (১৯৯৮)***

ফোঙগদৌবিবা লাইরিক

***কৈবুল লমজাওগী য়ারী***

***লানবল মনুংগী ইশৈ***

# লমলক্কী শা-উচেকশিংবু
# নুংশিবীরিবশিংগী মতম্মদা

# ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু

## (রেদিও সেরিয়েল)

| | | |
|---|---|---|
| অইবা | ঃ | ডাঃ খাগেম্বম শামুঙৌ |
| পুখোকপা | ঃ | মোইরাংথেম কাননকুমার |
| তেঙবাংবী | ঃ | বীজয়া মুমলেম্বম |
| হারী পরিংদা | ঃ | চোংথাম কমলা |
| শঙাই | ঃ | লাইময়ুম নিরমালা |
| খরশা | ঃ | ইরুংবম পদ্মাবতি |
| কৈবুল লমজাউ | ঃ | কে ইবেমহল |
| লমওক, লুরাং | ঃ | পঙ্কশীলা মৈতৈ |
| গুরু, অতৈ অতৈ | | |
| খুনুং ইশৈ শকপী | ঃ | ইরুংবম পদ্মাবতি |
| খুনুং ইশৈ শকপা | ঃ | গোসে মৈতৈ |
| শাতানবা, অতৈ খোনজেল | ঃ | ওল ইন্দিয়া রেদিওগী কলাকারশিং |

# ৱাহৈ অমতং

ডা : খাঙেম্বম শামুঞৌ সিংহগী লাইরিক ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু হায়বসি মেন্যুস্ক্রপ্ট ওইরিঙেদগী হৌনা পাজরে। লাইরিক অসি শঙাইগী মরমদা ইবনি অদুগা শঙাইবু কন্নবগী মতাংদদি চাওরবা দান অমনি। পৃথীবীগী করিগুম্বা মফম অমদা লৈত্রবা, মণিপুরতদা মহাক্কী ময়ুম ওইজবা, অদুবু, মতম অমদা হেক্তা মুংখিবা য়াবগী খুদোংথিবা লৈরবা শঙাই কাংলুপ অসিগী মতাংদা লাইরিক অসিনা কুপ্না নৈনরি। লাইরিক অসিমক্তি মেন্যুস্ক্রপ্ট ওইনা লৈরিঙেদা রেদিও সেরিয়েল ওইনা তাংকক তরাথোক্তা আকাশবানী ইম্ফালদগী শন্দোকখ্রবনি। ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু হায়বা রেদিও সেরিয়েল অদু মীয়াম্না য়াম্না পাম্লখি। চয়োল খুদিংগী শগোলশেন নুমিংকী অয়ুক্কী পুং তরেংপু মীয়াম্না খৌরাংনা ঙাইনখি। শঙাইগীদমক অতাম্বা মীপুম খুদিং মিংতগী পিরাং মরিক অমতা ওইরবসু শিঙ্খিদবা য়াওখিদে। থৌরম অদুবু থবাই য়াওনা তাজবা মরুপ অমনা হায়খি — অহানবদদি ঐ শঙাইগী মরমদা খোইনা খন্নুদে, অদুবু ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু হায়বা ডা : শামুঞৌগী রেদিও সেরিয়েল অদু তারুবদগীদি ঐ শঙাইবু য়াম্না নুংশিরক্লে, শঙাইবু কন্নীংলক্লে। তশেংনমকসু, রেদিও সেরিয়েল অদু মতম চপ চাকবমালে, ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু হায়বা সেরিয়েল অদু তারুবদগীদি শঙাইবু কন্নবগী ঈহৌদা ঈনোং হাপ্পগুম থোকখি। মাইক্কে কয়াদগী, কাচীন কোয়য়া কয়াদগী শঙাই কনগদবনি হায়বা খোল্লাও হেন্না লাওনরকলি। হৌজিকতি লাইরিক ওইনা থোক্রবনিনা মতম কুইনা মীয়ামদা শঙাই কন্নবগী ঈহৌ ওইরবা মচাক অমা ওইনা লৈহৌরগনি।

পৃথিবী লৈমায়দা কৈবুল লমজাউদা মশীং খরতমক যাম্না তুশোন মানশোয়া হিংজবিবা শঙাইনা লাওরি ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু। শঙাইনা হিংনিংনা লাওবিবা অৱাবগী খোল্লাওবু অতাবা তাইবং কনানা কন্নীংলোইদগে। পুন্নমক্তা শেমশারে শঙাইবু কন্ননবা।

ডা : খাঙেম্বম শামুঞৌ সিংহগী লাইরিক ঐবু অমুক্তা কনবিয়ু হায়বসিনা মীয়ামদা শঙাইবু নুংশিবা অমদি শঙাইবু মুংখিগদবদগী কন্নীংবগী ৱাখল শোয়দনা পোকহনগনি হায়বগী থাজবা থমজরি।

ইম্ফাল।
নভেম্বর, ১৯৯৭

শগোলশেম ইন্দ্রকুমার সিংহ
এসিস্টেন্ট স্টেসন দাইরেক্তর
ওল ইন্দিয়া রেদিও,
ইম্ফাল।

# হায়নিংবা খরদং

ডা : খাঙেম্বম শামুঙৌগী ঐবু অমুক্তা কনবিয়ু হায়না মীংথোনবা শঙাইগী মরমদা ইবা লাইরিক অসি থুংই ওইরিঙেদা পাগ্রে। লাইরিক অসি পানা-পানা নিংশিংলকখিবা লৈ। মতম খরগী মমাংদা শঙাইনা ঐবু অমুক্তা কনবিয়ু হায়না তেংথাখিবা। অকাশবানী ইম্ফালগী থোঙ্দা। নুংশিরবা ঈশেগী সুরনা য়োমখিবনা তাবদা নুংঙাইখি। অনৌবা মথেন্নি। অদুবু খম্নুরগদি শঙাইগী ৱারবা পুন্সিগীদমক নুংঙাইরক্তে। ইতোমতা ৱারকই। অইবদি হেন্না ৱারমগনি। শঙাই মাগীদমক হেন্নসু নুংশিরমগনি মরাইবক থীরবা মাগীদমক। নুংশিজদুনা থীরুবনি। শাঙাই মাগী ৱারী ৱাখোং। অরাপ্পদগী, অনকপদগী ফংলকখি। উরকখি, অরোনবা, অফোংবা মচাক কয়া। মচাকশিং অদুনি অইবগী খুদোন। অপাবশিংনা মমল লেপ্পা তারি। অইবগীদি শঙাই ঐখোয়গী তাঙলবা লম্নি। মহাকপু কনশি হায়না অপাম্বা উৎলি।

অইবনা কৈবুল লমজাউগী নাক-য়েংতা লৈরিবা তু-খোং, পাং-তুরেন, চীংজাউ -চীংশাং, লৈকায়, খুনগী মশক মমিং ওহোক্লা মরিক চুম্না ইরি। উচেক-ৱান্না কয়াগী মশক মমিং থাবদা মপুঙ ফাই। কাউরুরবা মাংগ্রবা কয়াবু নিংশিংলকই। মরক মরক্তা তাংকক তাংকক্কী ওইনা শৈরেং মতেক মতেক শেমদুনা শঙাইবু শৈথাবা ফজে। অইবগী হেন্না মপুঙ ফাবা শঙাইগী লাইরিক্তি শঙাই হায়না মিংথোন্দুনা ইং ১৯৯৩ দা পুথোকখিবা অদুনি। শঙাইগী কলচরবু মশক মুন্না খঙগে হায়রবদি লাইরিক অসি পাবা অমসুং নৈনবা য়াম্না কান্নগনি। শঙাইগী মরমদদি মনিপুরগী অহানবা মপুঙ ফাবা লাইরিক্নি।

ঙসি মালেম অসিদা হিংলম্বা মমল য়াম্রবা মুমগী অমদি লমলক্কী উচেক কয়াগী খোঙুল মুৎগ্রে। কয়া অমসু মুৎখিবা য়াবগী অকিবা লৈরি। ফিবম অমদি মতম য়েংলগা ঐখোয়গী ইরমদম অসিগী ওইনা য়েংবা তারবদা কৈবুল লমজাউদা লৈরিবা শঙাইবু নিংশিংবা য়াই। শঙাই অসি পৃথিবীগী করিগুম্বা মকম অমতদা লৈতে। মহাক্না লৈরিবা কৈবুল লমজাউগী ফিবম অসিগুম্বা ঈশিংদা তাউদুনা লৈবা মফমসু লৈতে। মরম অসিদগী কৈবুল লমজাউবু ফ্লউতিং সেঙ্কুরি হায়না মমিং চংলিবনি। মশিদা চহি চা কয়া হিংলক্লিবা শঙাই অসিবুসু মহাক্তি শওং-শাদা অমদি হৌরিবা মচাগী মহৌ অসি থা মচেং মাল্লি হায়দুনা ব্রো এন্তিলর দিয়ার হায়না পৃথিবীনা শকখঙলি। অসিগুম্বা মমল য়াম্রবা শা অসিগী হিংমম ওইরিবা অসিদি তারুরগা, উরুরগদি অকিবগী মশাক্লি।

*পৃথিবীগী ওইনা মালেমদা লৈরিবা শা-ঙা, উচেক-মায়া কয়াবু চিঙ্গাকীদমক মরম চাদনা হাংতোকপিবা অসি য়াদে হায়না ৱাইললাইফ প্রোতেকসন এক্ট ১৯৭২ চংনবা হৌগ্রে। মসিগী মতুং ইং ১৯৭৭ তা কৈবুল লমজাউদি নেসনেল পার্ক ওইরকখি। পুম্নমক অসি ওইদুনসু শঙাইগী ফিবমদি হান্নদগী ফগংলকপা উদে হায়নিংঙি। অইবসু হায়রি।*

*মালেম অসিদা মীওইবা হায়বা জীব অসি লেংলি পাম্লিবা তিন-কাং, শা-উচেক অমদি উপাল-ৱাপাল কয়াগী মতেং য়াওদনা হিংবদি ঙম্মোই। হিংমিন্নসি হায়রবদি হিংলিবা খুদিংমক হিংনবগীদমক নুংশিনবা তাই। অমনা অমবু য়োকখংপিবা তাই। মসিনা মহৌশাগী খল ঙাক্তুনা থম্বা ঙমগনি হায়বসি অথং অহৈনসু খঙন-য়াম্নরবা ৱাফম ওইরবনি।*

*ইশাগী ইপোংনি হায়বসে মঙেক শেংনা খঙলবদি ইপোংকি মমলসু খঙলকই। মনিবু লংথোক্তুনা শান্নবগুম মনি ওইরবা শঙাইবু লংথোক্তুনা মাঙহনখিবা চুমদে। হেন্না নুংশিবা ৱাখল পোক্লদুনা শঙাইবু কনশি হায়বা অইবগী ৱাখনবু শৌগংপা চুমগনি। অইবগী ভুংগী অশা থমজরি।*

শ্রী খোইনাইজম ধজা সিংহ
প্রসিদেন্ট
রাইতর্স ক্লব মনিপুর

# অইবগী ৱারোল

নোংমা নোংমগী হোংলক্লিবা মালেমগী ঈশিং নুংশিং, মরেপ ৱাংনা তানখৎলক্লিবা নুংশাগী মৈশা, শেনদোয়-শেল্লেপ লাকখৎতুনা জয়-জব শোকচিল্লক্লিবা অকোয়বগী ফিভম— চীঙনা চীংলুকোক ওইবকলিবা, সমুদ্রগী ঈরোলনুংদা খুৎশেমগী মৈগীচীঙ পোকখায়রকলিবা, পাংকি পাংনুংদা চীংলাইনা মহুম শাজিল্লক্লিবা, তুরেলগী খোয়বীন্দা শঙায়শেল পাইশিল্লক্লিবা, নুংশিংনা নুংশিং ওইবক্লিবা; হিংচা যাইতম্বগী শকলোন শক্তম কয়াসিদগী খাঙবদা ৱাবমালে ইম্মা মহৌশা লাইবেম্বী, অশংবা চবৈ থমনা লম্বোইবী লাইনিংবীগী ফিজোল হোংলক্রে। ইমাগী মচা ওইবিবী তেংবানবগী থৱাই পানবা জীব কোটি কয়া কয়ানা অৱা-অনাগী ঈথক-ঈপোমদা তাওফিং তাওফিং ইবাকনবকলে। ইবমদমশিগী অবিবা ৱাবী শীংবুন, সাহিত্যগী লৈচল ওইবকলবী, ঐখোয়গী শা উচেক কয়ামসু, খাঙঙমদবা চৈনা-চৈথেংসি ফংবদগী অসুম অসুম মাঙশিল্লক্রে, উশিললক্রে। লোক্তাক, ইকোপ, সনাপাংনচিংবগী লৈতেং ওইবম্বী, মথঙলেন মানজবু থাগোম্লনা, তোমথিন তোমথিন চাক্তামিন্নবম্বী— ঙানু থংগোং; মক্রু -খায-ইবংগী তোববান্দা লৈচিলগী পোইবৈ য়েংনা, থাজ-থাবলদা ঙাওজবম্বী নোঙীন (নোংইন) চেক্রো; অদুঙৈ থাদোই মশুঙলাংগী থৱাইনা পোম্থা পিথ্রবা, কোংবাম্বগী থৱাইনা লমগী চেক্রো শাইওন্দুনা থাদোই থাদোই কৌবিবা পিথাদোই চেক্রো; লংজকবা মবালনা মপোং ফা, চিংঙুগী মিঁচৈ চারবী, মমান্নবী অতৈ চেক্রোগুম পাং-তুবেলগী ঈশিং থকঙমদ্রবী, কুমগী নোংজু কৌজবী নোংকৌবী (নোংগৌবী) চেক্রো; মমা পোক্তবী শবৈদগী, তাইবং চনু অমনা উচেক্কী লাংওন্দা তিনথ্রবী, মপাঙ শঙগু মবক্তা খোমদোন তুংইন্না পাইবিবী— উচেক লাংমৈ (লাংমৈদোং); পুম্নমক মতমগী নোংলৈ-নুংশিং নংদুনা হিংবগী মবেক মহাও য়াওদনা হিংলি।

অৱাবগী ঈপাক্তা ঈবাকনববা, হিংবগী মমী শামজিল্লক্রবা শা-উচেকশিংগী মবক্তা লমদমশিগী শঙাইনা অথোয়বনি। বাশী গুন চঙখোম্না, চীঙলেম্না ফজবা শাগী মখল খ্যাবকপদা শঙাইবু কনানসু চিংথনবমলোই। মসিনা মণিপুব নংতনা পৃথিবীগী মফম অতৈদা ফংদে অদুগা, থাইনদগী হৌনা খুনাইশিগী চংনা-লোনচং কযাগসু শাগোম্নবক্রবা ঐখোযগী তাঙলবা ললনি।

ঙসিগী পৃথিবীদা ফংলিবা শক্তি মখল চামারোমগী মনুংদা শঙাইগী কিভমনা খ্বাইদগী হেন্না ফত্রে। মসিবু য়াম্না থুনা, খ্বাইদগী হেন্না কনবা চেকশিন-থৌরাং পায়খৎতুনা ঙাকপি শেনবীহৈদ্রবদি মালেমসিদগী ইকুই কুইদনা খোঙগুলফাও মুৎখিবা য়াই।

শঙাইগী কজব শক্তমবু য়েংনিংলকপা, মিতারকপা চহী কুনমুক শুরক্লে। মিতারুবা অদুমক্তনা অকনবা ইথিল অমা ওইরক্তুনা শঙাইবু নুংশিবা পোকহনখি, মহাক্কী অবা-অনা কয়াগা শরুক য়ামিন্নবা পামলকখি। কৈবুলগী অশোঙবা নারক্কী তুমিং, কাং, কাকৈনা চওমনরবা ফুমথক্তা শঙাইগী তথক-তথকপা মীংয়েংনা ঐগী পুকনিং খুদুম চনশিনখি, মহাক্কী মীংয়েংগী অর্থ খঙনিংলকখি, থিনিংলকখি।

*সনামানবীগী মীংয়েংদো, খ্বাইহেদি য়াওদে হায়রবু ঙাংথোরকপা লোন্দগী হেন্না ময়েক শেংই, থমোয়দা চৈনা ফাওহল্লি। মহাক্কী কোয়রাওনরবা মীংয়াগী হীরাগুম লুরবা মীংনহা অনিনা, অশাংবা পা মরক্তগী তথক তথক্লা য়েংলকপা মীংয়েংদুগী অর্থদি সমুদ্র ঈমায়গুম ঙমখৈ নাইদে, অদুগা, নোংমদোল লৈচিলগুম খ্বাখল মওল মওলহল্লি। শাদানবগী তেন্না পাল্লবা উচেক অমনা হৈমুল ফারবা উহৈনা লৈপাক্তা থরো কাংক্রুম ওনবগুম ওনগনি অদুগা, সনামানবীগী মচিন থৌরবা মীংচি তেন্না থমোয়দা লেংখ্রবা মহাকতুনা অয়ো চৈনাদি ফাওদনা, কুপ্নংননা লেপকনি। মোনালিশাগী মীংয়েংগা মীংচানরুবা কনানা, মথমোয়গী পাওখোঙ কোঙদোকচে-কপথোকই, নোকথোকই, হরাওবা কোঙদোকই, শাওনিংবা উংথোকই। অদুগা, সনামানবীগী মীংলমদা তারুরবা মহাক্তুনা শাওনিংলম্বা তোকখি, নোকনিংলম্বা কাওখি, হরাওরম্বা লেপখি, কপনিংলম্নসু মাঙখি, মশাগী মথমোয়দা তাশোন্না চক-চক থিল্লা মীং অনিমক পাঙনা-পাঙনা অদুমক মঙলাকনৈ। মহাক্কী মফমদদি থবল ফরবা অহিংসু খোয়রাং-খোয়শাওনিঙাইনি, নোংয়াই ইচিক হূল্লকপগী অইংবনসু ওলাং-ওনশাওনহল্লি। অদুগা নিদ্রা লাইরেম্বীগী মচিন থৌরবা তেনসু ময়া কুল্লগা হন্দোকখি। তশেংনমক সনামানবীগী মীংয়েংদা ঙাওরোইদবা কনামতা লৈরমলোই, লৈরমলগদি মহাক্তু থমোয় পান্দবা নুঙগী মুর্ত্তি শোয়দনা ওইগনি।

---

* অইবগী – 'সনামানবীগী মিংয়েং' মীংথোনবা খ্বাকী মচাগী শরুক।

সনামানবীনা উনবা মীপুম খুদিংদা লোনথোক্তবা মীৎয়েংনা ব্রাহং কয়া হংদুনা লাক্লি অদুবু কনামতনা পাওখুমদি পিবীবমদে, ব্রাখলগী পোৎলুমদমক কোকথোঙনবগা হনখি। পাওখুম ফঙহৌদ্রবসু মহাক্কী ব্রাহংদি লেপত্রি, ব্রাহৈনা থল্লবা কোয-বাওনবা মিৎস্না অনিদুনা উকবা খুদিংদা হংবগুম তৌই - ঐগী ইরাল করিনো ।

নোংমা (ফ্রেবুযাবী ২০, ১৯৮৩), চীঙমৈগী অব্রাং-নোংপোক থংবা চীঙমায়দগী তোযাপাংনা যেংলিঙৈদা অব্রাংলোমদগী য়াম্না মিপায়না চেল্লকপা শঙাই অহুমগা মীৎচানকই। অহুমদুগী মনুংদা অমদি লাবনি, অমনা অমোম অদুগা অমনা মচা পিশক। মতমদুদা চীঙমৈ তোযাচীঙ ফাওনবা হিবম চাওনা লৈবম্মী, হৌজিক্তি শেংদোকপিদ্রবা ফুমদিনা কুপশিনখিদুনা মশক উখিদ্রে। শঙাই লাবদুদি ইবাই-লাইনা হিবমদু লান্না চোঙখি, অমোমদুনা ঈশিংদা তাশিল্লি (মতুংদা অমুক কাখৎলগা চেনখি) অদুগা মচা পিশক্তুমদি হিবম লানবা ঙমখিদে, চপ লেপতুনা লৈবা উই (মতমদুদা মচাদু খোংব্রা হায়বদি লাপনবনিনা তাবা ফংখিদে অদুবু মমা কৌদুনা খোঙব্রা হাযনদি খল্লি)। শঙাই লাবদুনা হিবম ব্রাংমদা খব চংথোক্লগা চপ লেপতুনা লৈ। নুমিৎতুদগী শঙাইনা মপাঙ ঙাই-ঙাইনা লমজেল্লি হায়নবিবসি তশেংনা থাজখি। মখোযনা মিপায-খোঙজেল-লমজেলদু চেল্লকপগী মবম ওইবমগদবা মাল্লি, অবাপ্পদা নুপা অনিনা শীংজা মপুন কোকথোংনবগা থোকখিবা উই। নুমিৎতুগী থৌদোক্তুনা ঐঙোন্দা শঙাইনা কৈবুল লমজাউদা লৈবগী অব্রা-নুংঙাই ব্রাবী ইনিংবগী মঙলান্দা তাওহনখি, অদুগুম্না, মঙলান্দুমক চহী তবাগী মতুংদা মঙফাওনদুনা ঐবু অমুক্তা কনবীমু মীংথোনবা বেদিও দোকুমেন্টবী সিবিয়েল ওইনা মীয়ামদা লাঙ্থোকচখি অদুগা, ঙসিনা অমুক তাঙ্কক তবাগী লাইবিক ওইনা পুথোকচদুনা অখঙ-অহৈ, সাহিত্য সেবীকাশিংগী মফমদা লাঙ্থোকচবী।

শঙাইগী মবমদা বেদিও সেবিযেল ওইনা শাগৎলকপদা ঐঙোন্দা ওঙ্থোক্লা অবাবা ওইখি। মতিক মগুল লৈববা শক্তি মখলসিগী অবোনবা পুন্সি ব্রাবীবু শেমজীন-শাজিন্দুনা লেংশিল্লগা মীযামদা পাওদমজনবগী উপায় খঙজদবনা। মীওইবনা শক্তম লাংবা, লাংবী ওইবা লিলা অনিখক্কী কয়াৎ-নোমুনা শাগৎতুনা যেংলুই। অদুবু, ইপেন পেন্দে । অহুমশুবা নোমুনাগী ব্রাখললোন্দা- কৈবুল লমজাউগী অশোঙবা নাবক, অতাউবা ফুমথক্তা শঙাইনা খবশা কৌবা শক্তি মখল

অদুগা লমওক্তা মখোয় অহুম য়াম্না নুংশি-চান্নবা মরুপ-মপাং, মচীন-মৌপম্নাগুম লৈমিন্নে। অদুদি শণ্ডাই, খরশা, লমওক, কৈবুল লমজাউ, পাবোংচীঙ, তোয়াচীঙ, থাঙব্রেন-য়াঙবী, পুন্নমক মীওইবগী ইমুং অমগী শক্তম ওইরোইদ্রা। ব্রাখললোনশিদা চেংনা থাজবা থমজরগা কৈবুলগী শা-উচেক, নাপী-শিংনাশিংনা মীওইবগী শক্তম ওইনা লৌরগা মশা মশাগী অরা নুংঙাই ৱারী তমহনবা, লোইননা শণ্ডাইনা মতা শক্তা লৈমিন্নরিবী খরশা অদুগা মবুং শক্তা লমওক্কী মফমদা মশাগী অরোল-অথুপ ৱারী লিহনবা— ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু হায়বা শক্তমসি শাগৎচখি। মসিনা মফজরে, মপুঙ ফারে, মীয়াম্না তানিংলনি খন্না শাগৎচখিবা নংতে, ঈরাকনরবা অমনা ঈপাকথক্তা নাপী মকা অমা ফংজবদা মাইথোং মকা খজিক লামজবগুম, মপাল নাইদ্রবা শণ্ডাইগী পুন্সি ঈপাক্তা ফুম্বংননা ঈরাকনরুবা ঐগী ৱাখলনা ইরমদমসিগী শকনাইরবী শজি মখলগী অথুপ্পা ৱারী পাওদমজনবগী লংলা-লংজীল খজিক্তং ফংজরুবদুমক হুরাওমনখ্রদুনা মতিক চাব-চাদবা খিরুদনা মীয়ামদা পাওদমজবনি। লাইবক খিরবীশিংগী মরক্তা লময়ৌনা লাইবক খিরবী, হিংবগী মমী ইশাম-শামলবী শণ্ডাইগী থমোয়গী তেংথাখোলনি খন্না মপুঙ ফাদ্রিবা ঐগী ৱাখলবুদি ঙাকপীয়ু।

ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু ওল ইন্দিয়া রেদিও, ইম্ফালদগী অনিবক হয়া শন্দোকখ্রে (অহানবদা দিসেম্বর ১৯৯২ দগী ফেব্রুয়ারী ১৯৯৩ অদুগা, অনিরকগুবদা ইং ১৯৯৪, জুলাই থাদগী ওক্তোবর ৱাইললাইফ উইক ফাওবা)। মসিমক ষ্টেসন অসিগী থৌবুবেল অমসুং মরিলৈনবশিংনা শণ্ডাই কনজারবেসনগী মরুওইবদু খঙবিবনি লৌজে। থৌরমসি পুথোকাপখিবা শ্রীমোইরাংথেম কাননকুমারনা য়াম্না চেকশিন্না, থৱাই য়াওনা হোৎনবিখি; মশামক কৈবুল লমজাউদা চৎমিন্নরগা য়ারেকমিন্নখি অদুগা মফমদুগী উচেকশিংনা খোংবা (সাউন্দ ইফেক্ট), খুনজাশিংগী পাওদম কয়া রেকোর্দ তৌরকখি। মহাক্কী মথৌদা লুপশিনবা অসিমক্তেনা দোকুমেন্টরী অসিগী মতিঙ হাপকৎতুনা শণ্ডাইগী অরা-অনা ৱারীবু মীয়ামদা তন্না ঙমজখিবনি। থৌরমসি পুথোকপদা কুমারী বীজয়া য়ুমলেম্বম, প্রাদকসন এসিসতেন্টনসু অচৌবা থৌদাং লৌবীদুনা অৱাবা কয়া খাঙবীখি। শ্রীমতি চোংথাম কমলা দেবীনা তান-মেন চানা লিখবকপা ৱারী পরিংগা চাশিন-চুশিন্ননা কুমারী লাইময়ুম নিরমালা, শ্রীমতি ইরুংবম পদ্মবতি, শ্রীমতি কে ইবেমহল, শ্রীপঞ্চশীলা মৈতৈ, শ্রীগোসে মৈতৈ নচিংবা আর্টিসশিংনা শণ্ডাই অমসুং কৈবুল লমজাউগী শক্তম্বু মশা-মশাগী মথমোয়দা ফাওবীদুনা তশেংনা ঙাকপী শেনবীনবা, কনবীনবা হায়জখি। রেকোর্দিং কাদা কুমারী নিরমালানা মমীৎতা মপী তানা ঐবু অমুক্তা কনবীয়ো, ঐবু অমুক্তা কনবীয়ো হায়না থমোয় শোক্লা তেংথারকপা তরু-উরুরগা মতম অমদা হিরম লানবা ঙমদনা মমাগী মাইকৈ য়েংনা লৈখিবা উপায় লৈত্রবী শণ্ডাই মচাদুগী শক্তম শং-শংনা উরকখি। কুমারী নিরমলাগী খোনজেলদুমক শণ্ডাই মচাদুগী তেংথাখোল ওইরবোই নিংলুই। মিংতা পি তারকখি। এ আই আরগী অসিগুম্বা আর্টিসশিংগী মফমদা শিংবা ঙমলরোইদবা লমন তোনশিনজরে।

ঐবু অমুক্তা কনবিয়ু দোকুমেন্টবী ওইনা শেমগৎ-শাগৎলকপদা শ্রীদিলিপ ময়েংবমনা লমজীং পাওতাক পীবিবকখি। রাহৈ-রাতাগী খন্দোক-খনজিন্দা শ্রীরাজেন সবাংথেম অমসুং শ্রীশগোলশেম গৌবমোহন, শ্রীখাইদেম তোম্বা নচিংবা মরুপ-মপাঙ্গ ময়ামগী মমল যাম্রবা সজেসনশিং ফংজখি। শ্রীকে আইচ ধ্বজ, মণিপুব হেদ ওফ দিপার্টমেন্ট, নম্বোল এল সানোয় কলেজগী ওঝা অসিনা লাইবিক অসি খুৎই ওইবিঙ্গেদা মপুং ফানা পাবীদুনা ইমাবোলগী ফজবা রাহৈ-রাতা কযামকম তাকপিবকখি। শ্রীনোংথোম্বম ইবোপিশক, মণিপুবী সেলেকসন গ্রেদ লেকচবাব, সি আই কলেজগী ওঝানা লাইবিকশিগী প্রুফ পাবীবগা লোইননা রাহৈগী বনান অমসুং অকম-অযাং কযা শেম্নীবকখি। অদুগা রাবী লিবা, পেনা শকপা, খোংজোং শকপা, লাইবিক ইবা ওঝা কয়াদগী মৈতৈগী অবিবা রাবী, লাইবিকসু ফংজখি। খ্বাই পুম্নমকসিবু তৌবিমল খঙবা উৎচবগা লোযননা থাগৎচবি।

দোকুমেন্টবী অসিবু এ আই আব ইম্ফালদগী শন্দোবকপদা মসিগী মবমদা কুপনা নৈনবীবকখিবা জবনেলিষ্টশিং, শঙাইগী পাওজেল ফংবগী নুংঙাইবা, নুংঙাইতবা কয়া ফোঙদোকপিবক্কুনা চিঠি থাবিবকখিবা (মণিপুব মনুং অমসুং মপান্দগী) পুম্নমকপু শঙাই কনজাববেসনদা অচৌবা থৌদাং লৌমিন্নবনি খন্না ইকায খুমনবা উৎচবি।

শঙাইগী পুন্সি রাবী লাইবিকশিবু পাবীবগা, নৈনবিবগা খ্বাই মীয়াম্না নুংশিবীবা-চানবীবা মীৎযেং থম্নীদুনা শঙাই ঙাক-শেনবা অমসুং যোকখৎপগী থৌবাংদা মতেং খবদং ওইনববদি ঐগী হোৎনজমন পুম্নমক মহৈ যাম্লবনি।

লাইবিক অসিনা বেদিও সেবিযেল ওইবিঙ্গেগী মবমদা রাহৈ অমা অনিদং হাযজকবদা হবাও-হবাও যাবীবকখীবা, শ্রীশগোলশেম ইন্দ্রকুমাব সিংহ, এসিষ্টেন্ট ষ্টেসন দাইবেক্তব, ওল ইন্দিযা বেদিও, ইম্ফাল, ইযাম্বসিগী মফমদা ইকায-খুম্নবা উৎচবি।

লাইবিক অসিগী মখুম শ্রীআব কে জযকুমাব, ইংলিসকী সেলেকসন গ্রেদ লেকচবব, দি এম কলেজ ওফ সাইন্সকি ওঝানা পুথোকপিবনি। মাসগীদমক্তা ওঝা অসিগী লমনসু তোনশিনজবে।

ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু, লাইরিক ওইনা পুথোকচনিংবা, পুথোকপদি ঙমদনা লৈরকপা ঐগী অৱাবদু ঈশ্বরনা উবিদুনা সেন্ত্রেল ইনষ্টিটিয়ুট ওফ ইন্দিয়ান লেংগোইজ (মিনিসষ্ট্রি ওফ হিয়ুমেন রিসোস, গোর্ভমেন্ত ওফ ইন্দিয়া) মাইসুরদগী শেলগী মতেঙ খরা ফংজে। মসিগীদমক্ত দিপার্টমেন্ত অসিগী মফমদা লমন চাওনা তোনশিনজরে। অদুগা, লাইরিকশিবু দেপার্টমেন্তসিমক্তদা শক্তাকপিখিবা শ্রীলোংজম জয়চন্দ্রা সিংহ, সেক্রেতরী, মণিপুর ষ্টেট কালা একাদেমী, (মতমসিগীনা, দাইরেক্তর, জাওহারলাল নেহরু দান্স একাদেমী, মণিপুর) মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচবগা লোইননা থাগৎচরি।

অরোইবদা, শঙাইগী নুংশিরবা ৱারী, ফিদমনিঙাই ওইরবা শাজং-লিচংপু, লৈখল শুনা, লৈনা-লৈখোকসু তেকহন্দনা, জুম জুম লাওবা লৈরাং পরেং ওইনা লেংলগা মৈতৈ সাহিত্য ইমাগী ঙকশমদা হুকচনিংবনি অদুবু, লৈশক খঙজদবনা, হৈজদবনা লৈনম চেন্দবা লৈবাং থেৎচিল্লুদুনা লৈচল চান্দ্রবা লৈপরেং ওইদুনা ইমানা লৎনবীরগদ্রা, নচাগী অশোনবা, হৈজদবশিগীদমক ঙাকপীয়ু।

ফেব্রুয়ারী, ১৯৯৭ অইবা

# য়াওফম

## অহানবা

# সনামানবী

### হি হোনবা, ঈশিং উচেক ময়াম খোংবা, পাইবা মরক্তা কৈবুল লমজাউ শেথারকই

খুনুং ইশৈ

অদুগৈ কুমজা অমদা
কৈগুম পাঙ্গলবা ইনিংথৌ
মোইরাং মাগী চিরোন্না
হাউনা লুতুং পরৈনখিবা
কোলোয়নখি লমদমসিবু
কৈবুল লমজাউ
ফজৈ ফজৈ কৈবুল লমজাউ ।

থাঙব্রেন-য়াঙবীনা য়াঙলেন ওই
খোরদাক্লা ঈচেল ওইরিবী
পাবোং-তোয়ানা কায়াং ওই
তৌ, কম্বোংনা তুবুম ওইরিবী
কৈবুল লমজাউ মীংগৌবী
ফজৈ ফজৈ কৈবুল লমজাউ ।

ফাওরি নহাক্তি মালেমসিদা
তাঙথক নাইবা ফুমদিনা লৈতেংবী
ওইরি হরাও-তয়ামগী য়াকাবুঙ
ভাইবংদা অনি শূদ্রবী
তোমখিন ঙায়রবী য়াওরৌ-শঙাইগী
কৈবুল লমজাউ মীংগৌবী
ফজৈ ফজৈ কৈবুল লমজাউ ।

*ইশৈ লোইখি। হি হোনবা, ঈশিংগী উচেক মরাম খোংবা, পাইবা তাই।*

ৱারী লিবা ঃ কৈবুল লমজাও, লোক্তাক পাৎকি খা-নোংপোক চিদায়দা লৈ। মফমসি মহৌশাগী ফিভমদা শঙাইগী অমতা ঙায়রবা লৈফমনি। লমদমসিদা পাবোৎ, চীংজাও, তোয়াচীং কৌবা চীংদুম অহুম অদুগা থাঙব্রেন-য়াঙবীগী মফম খর নতনা অতৈদি ঈশিং মথক্তা তাউবা ফুমদিগী সমুদ্রনি। ফুমথক্তা তৌ, ঈশিং-কম্বোং, শিংউৎ-শিংনাঙ, খোইমোম, হুপনচিংবা মখল মখাগী নাপীশিং মরাং কায়না হৌই। কৈবুল লমজাওসি লোক্তাক পাৎকি শরুক ওইবনা মসিগী মনুং অমসুং মপান্দা নোংমগী চারা তাল্লিবা খুনজাশিংনা অয়াম্বা মতমদা নিল-খোঙনা লৈ। অসিগুম্বা চরাংনবা কয়াগী মরক্তা ঐখোয়গী শঙাইনা য়াম্না তুশোন-নাওশোন্না, মফমসিদা মাগী অরোইবা য়াইহীপফম ওইনা হিংলি।

*অতোনবা পেনা*

ৱারী মখা ঃ শঙাই, মনিপুর নতনা পৃথিবীগী অতোপ্পা মফমদা ফংদবা, য়াম্না চীং-লেম্না ফজবা শজি মখলনি। মসিনা কংলৈপাক্কী অরিবা কালা-সংস্কৃতি অমসুং লোক-সাহিত্যগী ৱারী শীংবুন কয়াগসু শাগোল্লরক্ল বা ঐখোয়গী অশেংবা লননি। মসিমক্লা, ইং ১৯৮৯দগী শঙাইবু ঐখোয় ষ্টেট শক্তাকপা শানি হায়না শকখঙলিবনি। শঙাইনা লৈরিবা কৈবুল লমজাওসু ঈশিং মথক্তা তাউবা ফুমদিনা শেম্বা ফ্লোটিং সেঙ্কচুয়ারী হায়না পৃথিবীদা মমীং চৎলি।

*অতেনবা পেনা*

ৱারী মখা ঃ শঙাইবু ঙাকশেন্নবগীদমক্তা সরকারগী অকনবা আইন কয়া লৈরবসু কৈবুলগী পোৎথোকপু পাম্বদগী শাসিগী ইংনা চিক্লা লৈবা পুন্সিবু তৎতনা থুগায়বীরি। লোক্তাক প্রোজেক্টী ঈশিংনা থুমকৎলকুনা ফুমদি, মসিগী মথক্তা হৌবা নাপীশিংগী ফিভম নোংম নোংমগী শোকচিল্লক্লি। মসিনা শঙাইগী লোংফম, লৈফম চাবোকফমসু অসুম অসুম, মাঙশিন-তাকশিল্লক্লে। ফিভমসিনা অসুম লেপত্রবদি ঐখোয়গী শঙাই য়াম্না থুনা খোঙপুল মুত্রগনি। অৱাবগী পিরাংলক্তা কৈবুলদা অৱা-অনা কয়া মায়য়োকনরিবা শঙাইনা হন্না হন্না তেঙথারী —ঐবু অমক্তা কনবীয়ু, ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু।

*অকনবা নুংশিং মরক্তা শঙাই শৈথারকই*

*খুনুং ইশৈ*

*য়াওরৌলক্তগী অথোয়বী নহাক্লি*

*হায়নৈ নমু তাইবংগী শাইওননি*

*মপাও ওাইনা লমজেল্লি*
*শওাই কোলোয় মীংখোল্লি।*
*কংলৈপুঙগী খুদোলনি*
*মালেমদা অনি শুদবা*
*লৈরোই লৈরোই লৈরোইদা*
*চাংদমনিঙাই লৈরোইদা।*

*ইশৈ লোইখি। শওাইনা হিক-হিক কল্লী।*

*মাগী অল্লাবা উরগা খরশানা*

খরশা ঃ খোইনৌ ইতা ইবেম্মা
খরশা ঐগী চাম্নরবী
শওাই কৌবী নহাকপু
নতা ঐগী য়াবাসে
তারিব্রনো খোয়নৌ ?
ইতা ইবেম্মা নহাক্তি
শজিলক্তগী অখোয়বী
থ্বাই'লক্তগী শকহেনবীনি
তাইবং পুম্বনা শীংথানরি।
অদুবু ইতারোই
নহাক্না নুমিৎচুপ্পগী
তুকক-তুকাই ইচন-চন
মীৎলু-পিরাং কংদনা
অল্লা পোৎলুম পুরিদো।
ইতা ইবেম্মা
ইতানা থাবগী মরমদু
খরশা কৌবী ঐঙোন্দা
পাওদম্বীয়ুনে খোয়নৌ।
'দুঙৈ লোক্তাক ইমাগী
চিক্না মশাইকোনসিদা
ঐখোয়নিনা থাশকনখিবা
অল্লা কোওপায় কয়াদা

নতেং-ইত্তেং পাঙনসি
নচা-ইচা
য়োংলৈ-ম্যৈলৈ নাইগুমসি
নাওয়োক-নাওকোনমিন্নসি
হায়নখিবা য়াব্রাবু
কাওরব্রনে খোইনৌ।

*শঙাইনা অব্রা ৱারী লিবা*

শঙাই ঃ ইতা'বেম্মা
খরশা কৌবী চান্নবী
শঙাই ঐগী ৱারীদি
'ৱাবগী'ৱাব ঙাক্তনি
'সিবু করি হায়না
পাওদমলসিগে ইতারোই।
তাঙথক নাইবা কৈবুলগী
অতাউবা ফুমথকসিদা
ঐ
নং
ইবুং শক্রবা লমওক
ঐখোয় অহুমখক্তনি
লৈমিন্নরিবা হরাও'রাও।
খরশা কৌবী নহাকসু
ঐগুম পাঙ্গল শোনবীনি।
অদুগা
ইবুং শক্রা মহাকনা
ফুমদি থক্তা হৌরিবা
হানৌ মরু'রা ফুকশিঙে
ঐগী অব্রাবা উবিদ্রে।
*(খের শাংনা হোল্লি)*
তাঙলৌসিদা ঐহাকপু
'ৱাবদগী কনবীগদবদি
কংলৈ ইবুং'পাণ্ডৱাশিংনি।

অদুবু মখোয়নদি
ঐগী ইশক খঙবিদ্রে।
লমদমসিদা নত্তনা
মালেমগী মফম অতৈদা
খোঙদারুদ্রিবী ঐবু
মখোয়গী অশেংবা লননি
কাউথোকপিদ্রে।
তাইবংলক্তা
ইবমদমশিবু শক্তাকলিবা
ঐগী থৌদাং
মখোয়না খঙবীদ্রে।
য়েলহৌঙেদগী
লদমসিদা লৈরক্রবী
শঙাই কৌবী ঐহাকসে
কংলৈ লৈশেমলোনগীসু
মরুওইবা লৈচলনি
লৈচলনিনে ইতারোই।

*অতৈনবা পেনা*

**বারী মথা ঃ** অশেংবনি, মৈতৈ খুনাইগী অরিবা বারি লাইরিক, হিজন-হিরাওনচিংবদা তাইবং মীওইবনা শঙাই ওনখিবগী বারী ইরম্মী। পুদাংকোই খুকোইবা কৌবসি লুবাং শলাইগী পিবানি। মহাক নিংথৌ খুভম লৌখিদে। মনাওনুপা লুবাংগুরু পুন্সিবনা লুবাংশংবমদা নিংথৌ ওইনা পাল্লম্মী হায়নৈ।

**পুদাংকোই ঃ** শানৌতোন
লুবাংগুরু পুন্সিবা
নয়াম্বা
পুদাংকোই কৌবা ঐদি
অহল মতম ওইরকপনা
নাপা শেন্দ্রাননরেদো।
লাইনিং পরৈ চেৎনা
য়াওরৌ তুবানশা *(শঙাই)* ওল্লগে
মপুগী থৌজাল ফংল্লগে।

খারী মখা ঃ  নোংমা, লুৱাংগুরুনা উচী অমা অকংবা উশাদা কোন্নগা ঈশিং ঈপাক্তা নিঙাইদনা লৈবা উরম্মী। থৌদোকসি উরুবদগী মতোম্দা হি শানবগী য়াখল পোকহনখি।

*উ য়ানবা, খবক শুবা মরমগী খোনজেল*

মীয়াম ঃ  হৌ, হা, হো .......... হৌ হা ........।

লুৱাংপুরু ঃ  ইদাইরেমশা
হৌজিক্তি
কৌব ইঙেল চীংদগী
তালা উনিংথৌ য়াম্দুনা
য়াকঁয়ৈ তাল্লা হি শারেদো।
কানানা হায়া হিদোংনি ?
*(নিঙমদনা)*
য়াম্বুং ইবুংঙো নুংশিবা
কোলোয় মীংলেন পুদাংকোই
শাঁগেগীদি পিবা'হন
য়াওরৌ ভুবানশা ওইয়ুরবা
নহাকপু মকম কৈদনো ?

*অতেনবা পেনা*

খারী মখা ঃ  পুদাংকোইনা শেম্বমীওয়্বা কৌবা মচানুপা অমা পোকলম্মী। লুৱাংগুরুনা শেম্বাথীওয়্বা, অতে মনাই-মশল, অঙম-অথৌশিংগা লোইননা ময়াক্লনা ওনখিবা ভুবানশা খিরকখি।

*শাতানবগী নিল খোংবা*

মীয়াম ঃ  কাও, কাও....অসোমদা, অসোমদা...থংচিন্নু, থংচিন্নু ..।

লুৱাং পুরু ঃ  হায় হায় শেম্বমীওয়্বা
নহাক্না তৌরিদু করিনো ?
নহাক্না শাদুরিবদো
য়াওরৌ ভুবানশানি খন্না
অতে কনা নংভেলো
নংখু পোকপা পথৌনি।
পথৌগী য়াইথী মীয়েলনা
শাইওনখিবা য়াওরৌনি।

**শেম্বামীওম্বা ঃ** *(য়াম্না নিংবা কায়না)*
ওহ্নোকপগী লাইবকনি
শেম্বমীওম্বা ঐহাক্কী।
চীওক্তু মহাক্কী
করম্বা নোংদমখোয়া
ঐনা
পম্বৌগী চেংলৌ অহেনবা
শক্তম থাবা অরুবা
শকখওলুদবনো ?
শেম্বা ইখুৎমক্না
পম্বৌগী য়াইবী চায়রুরে
লুরেল চোমায় ককলুরে।
*( মপাগী মকোক কোম্লগা হায়জবগী মওং )*
লেওখৎপিলো অপোকপা
নাপারীনা শেম্নজবা
হিগী হিরুদা লৈতেংনা
ইরানয়াইদা'মুক হল্লসি
নচানা সেবা তৌজগে।
*( খোনজেল হৌনা )*
হে নুমিৎ-থা-থৱানমিচাকশিং
ওসি কৌবা নোংদগী
পম্বৌনা শাইওনখিবা
য়াওরৌ মাগী লুরেন্না
ইনিংথৌগী
হিয়াং হিরেলদা লৈতেংবা
চীওক্তু অহন্না খওবীহৌরো।

**য়ারী মথা ঃ** য়াওরৌগী অশিবা হকচাংবু হিখক্তা হাপলগা লুরাংগুরুনা লুরাংঈ তুরেলদা হিতোওখি। নুমিৎতুদগী নিংথৌগী হিয়াং-হিরেল হিরুদা শওাই মকোক হাপনখি। মতুংদা, মৈতৈ নিংথৌ থৱানথাবনু খুমন নিংথৌনা অয়োনবা লানকমদা কানবা হোৎনরকপদা মৈতৈনা ওমদুনা খুমনগী অথৌবা কাকপা লিতোম পাম্বনু হাংখি। কাকপগী মকোক কল্লগা হিরুবাক্তা হাপতুনা পুরকখি। থৌদোকশিংসিবু

নিংশিংনবা ওইনা নিংথৌগী হিয়াং হিরেল হিরুদা শঙাই মকোক অদুগা হিরুবাক্তনা খুমন ক্বাকপগী মকোক থেৎপা চৎনখি।

*অতেনবা পেনা*

শঙাই ঃ শঙাই কৌবী ঐহাক্না
লমদমসিগী
শা-উচেক খিবিকপু
ইবুং'পাউরাগুম খল্লিদো।
ঐগী ইশক'তৌ
লমচৎ-শাজৎ খিবিকসু
লমদমসিগী ঈশিং-নুংশিংকা
চাশিন-চুশিন্নরবনি ইতারোই।

রারী মখা ঃ কৈবুলগী অতাওবা ফুমথক্তা মখল কয়াগী অরাংবা অমসুং অনেম্বা নাপী হৌই। অচৌবা উ পাম্বীদি পাবোৎ, তোয়াচীঙ নৎতনা অতে মফমদা হৌদে। অদুগা, কৈবুল লমজাউসি লোক্তাক পাংকি শরুক ওইবনা মহৌশাদগী ঙা অমসুং উচেক মখল কয়া মরাংকয়না লৈ। মসিদা ফংবা উচেকশিংগী মনুংদা ঙানু কোকঙাংবী, ঙানু থংগোং, ঙানু পেদেক, ঙানু থোইদিংনম, ঙানু খারা, উরেম্বী, তিঙগী, উরোক, লমপ্রা, য়াইনু, উশাই, উরেল, চোংখু, শূরিংনা অথোয়বনি। ঙানু কোকঙাংবী, মতম অমদা লোক্তাক পাৎতা শঙগু-শঙগু চাক্তারম্বা লমঙানু মখলনি। অদুবু, হৌজিক্তি লোক্তাক্তা অমুক পাইরকখিদ্রে। ভারততা উচেক মখলসি লৈত্রে, খোঙগূল মুৎপ্রে হায়না লৌনরে। জে সি হীগিনসনা মনিপুরদা ঙানু কোকঙাংবী ইং ১৯১০ ফাও লৈরম্মী, অদুগা আসামদনা ইং ১৯২৪, বিহারদনা ইং ১৯৩৫ ফাও উই হায়রম্মী। অদুবু, লমদমসিগী মীওই কয়ানদি অনিশুবা লানজাও মতুংফাও ঙানু কোকঙাংবী লোক্তাক পাৎতা তরক-তরক চাক্তাবা উই হায়নরি।

*অতেনবা পেনা*

রারী মখা ঃ অচৌবা খোয়মথকপা শাদি কৈবুলদা ইয়ে লৈতে। হৌজিকমক্তা ওইনদি শঙাইনা খরশা অদুগা লমওক্তা লৈমিন্নরি। মখোয় অহুমক য়াম্না নুংশি-চান্নানা লোয়নৈ। অয়াম্বা মতমদা শঙাইনা খরশাগা লৈমিন্নে, শজিক চামিন্নে, নোংজু-নুংশা খঙমিন্নে। মখোয়নি অহিংসু য়ারেকমিন্নে। মখোয়না লমওক লৈবা মকমদা খক চংলুদে, চংলুরগসু অমওক্তদি মখোয়বু খক তাখি—তাওইনা তৌরক্তে।

*অতেনবা পেনা*

শঙাই ঃ চহী কুমজা কয়াদগী
কৈবুল ইমাগী তম্পাক্তা
ঈশিং-কম্বোং খোয়থুমলবা
খৌবোম থন্না চারগা
অইংবা লোক্তাক্কী লাইজনা
খোযদৌ চফম ওইরিবী
*শঙাই* হায়বী মীংগৌসি
থোনবীখিবনিদো ইতারোই
মখোয়না।

ম্বারী মথা ঃ শঙাইগী তোপ তোন্না মশক-মতৌ লৈবত নতনা মসিগী লমচৎ শাজৎসু অঁতে শজিশিংদগী তোঙাল্লি। মখোয়না করিগুম্বা অকি-অখঙ, খুদোংথিবা মতমদা য়াম্না কিনা, খর চনিং-চমাং হেক শমনদবর্মখে কন্না চেল্লি। অসিগুম্বা খোঙজেলসিবু শঙাইগী মিপায়-খোঙজেল-লমজেল হায়নৈ। খোঙজেলসি চেলহনবা য়াবা মরম অমা — শা-হাংপা নত্রগসু ঙাফাবা, শজিক ফানবা, মনা-মশীং হেকপা মীদি পার্ক মনুংদা হেক-হেক চংই। খঙহৌদনা মখোয়বু উরুবা, মৈথারকপগী মখোল, মৈরী অমসুং অঁতে মরম কয়াদগী শঙাইনা মিপায় লমজেল চেল্লি। পিকলিবা শঙাই মচাশিংদি থোক-থোক নোম্বা ফুমদি মথক্তা য়াঙনা, মমাগী মতুংইন্না চেনবা ঙমদে অদুনা মমানা শজিক চাবা চৎথোকপদা মখোয়বু খক লোইনদে। মফম খঙনা নারক-মোঙশোংদা লোংশিন্দুনা থমল্মী। মিপায় লমজেল চেল্লিঙৈদা শঙাই অমোমদী খ্বাইদগী নকপা মোঙশোং য়ৌনবা অমুক্তদা লেপতনা চেল্লি। অদুগা লাবশিংনা লমজেল চেন্ন-চেন্না মরক-মরক্তা লেপ্পী, তুং হন্না অমুক য়েংলগা মপাঙ ঙাইদুনা লৈ। ঙহাক ঙাইরগা অমুক চেল্লি। অসিগুম্বা শঙাই লাবগী হৈনবা শাজৎ-লিচৎশি উরুবদগী শজি মখলসিগী মমীং শঙাই থোনখিবনি থাজনৈ।

*শাতানবগী নিল খোংবা*

ময়াম ঃ ফাও, ফাও ......, হাংলু, হাংলু ....... থংচিল্লু, থংচিল্লু ....... ।

*(শঙাইনা খর কি-ফা, কি-ফা হোন্না ব্বানা চেল্লি)*

নিংথৌ অমা ঃ *(খোনজেল হৌনা)*
ঙাইখো ইদায়রেমশা
মাঙদা চেল্লিবা য়াওরৌসে
মীংয়েং কুপনা য়েংখিসি।

*(শোনজবা)*
য়াওরৌশিংগী কোকথক্তা
থা-মচেৎ শানা
লৈতেংলিবা চীরোঙসিদি
নিংথিজংব্রেদা ওহোক্লা !
'দুগা কুচুনা লময়ৌবী
সনা ফুদোংবগুম হেল্লিবা !
*(খোনজেল হৌনা)*
ইদাইরেমশা
খোঙথাং নোংথাঙ কুপলিবী
পুক্লিং হুরিবী য়াওরৌদা
খুৎশু তিমেন থাফরোই
য়াওরৌ চঙনা কারগা
চীঙথু মঙোম্বা কৎসিকো ।
*(খোনজেল তপনা)*
হি করিনো !
'সুক য়াঙনা লমজেল্লিমক্তদা
শকহেনবী য়াওরৌসিদি
মরক-মরক্তু লেপতুনা
তুং হন-হন্না য়েংইনা ?
ইস নিংথিজংব্রেদকো
মপাঙ ঙাই-ঙাইনা লমজেল্লিবা !
*(খোনজেল হৌনা)*
ইদাইরেমশা
ঙসি কোয়ৌ নোংদগী
মপাঙ ঙাই-ঙাইনা লমজেল্লিবা
সনাখানবী য়াওরৌসে
শঙাই হায়না তাইবংদা
কোলোয়নরসিকো ।

## অনিশুবা

# লমদম তামনা তামনা লৈনখ্রবী

***হি হোৎনবা, ঈশিং উচেক ময়াম খোংবা তাই***

য়ারী মথা ঃ মমাংঙৈ মনিপুরদা উমং-য়াযং, পাৎ-তুরেন ময়াং কায়রম্বগী মতিক লমলক্কী শা-উচেকশিংসু ময়াং কায়রম্মী, মথল য়ামলম্মী। অদুবু, চীঙগী শরুক্তা হেনবা, চীঙনা পলোন শানা কোয়শিনবা, লম্বী-খোং কজনা কাওনদবা, ময়ম কয়াসিনা লমদমসিগী অতাওবা পাম্বী, শা-উচেক, পুক্লিং হয়বা লমলক্কী দৃশ্য, প্রকৃতিগী কজবা কয়াবু মপানগী মীনা খওবী-উবীদনা লৈরম্মী। ভারততা বৃটিশ লাক্কুনা মকমসি য়ৌরকপদগী লমময়শিংগী শা-উচেকশিংবু মীয়ামদা শকতাকপা হৌরকখি। এক কিংদোন য়ার্দনা উখ্রুলগী শিরোইচীংদা শাংগী শিরোই লিলীবু অতাওবা, মনিপুর নতনা পৃথিবীগী অতোপ্পা মকথদা শংতবী, কঙকাল থরো মখলনি হায়না শকতাকখি।

***অতেনবা পেনা***

শঙ্গাই ঃ লোইলম কৈঙকলোনদা
হালেংদবা বৃটিশশিংবু
কনা অমতনসু
তয়াম'য়াম তৌবীখিদে।
য়েকনবা মখোয়বু
অহোইনদুম
তাম্বোকনবা হোৎনখি
ঐখোয়গী ইরক্তগী।
অদুবু মখোয়দো
মীওইবা খুনাইদা
শঙ্গাই কৌবী ঐবু
শক্তাকপিরকনবা

শকউদবা মহাক্না
থাবীরকখিবা শক্তমনি।
মখোয়ননি
ঐগী ইমিং থোক্লবীখিবা
মালেমদা ঐবু
অহানবা শক্তাকপিখিবা।

***শঙাই লৈথাবা খুনুং ইশৈ শক্লকই***

*য়াওরৌলক্তগী অখোইবী*
*শঙাই কৌবী নহাকনি*
*চোয়নৌ সনাবু ঙমজবী*
*সনা ফুদোঙবা কুচুনি*
*লুরেলথক্কী চীরোঙনা*
*নিনি পানবা থাজনি*
*কংলৈপুঙগী খুদোলনি*
*মালেমদা অন শৃদবা*
*লৈয়োই লৈরোই লৈরোইদা*
*চাংদমনিঙায় লৈরোইদা।*

**ম্বারী মথা ঃ** ইংরাজীদা শঙাইগী তোঙান তোঙানবা মীং কয়ামরুম লৈ। মসিনা মঙক নোম্বরগা শজিক চাবা, ঈশিং থকপা মতমদা কোকথক্কী থা-মচেৎ শারিবা চীরোঙনা পীশূম মথক্তগী থিনগৎনা হৌরকপা মাল্লি হায়দুনা ব্রো এক্কিলর দিয়ার কৌরম্মী। কৈবুলগী থোক-থোক নোম্বা ফুমথক্তা শঙাইনা চৎপা, চেন-চোংবগী তোপ-তোপ্পা মওং মতৌবু জগোয় শাবগী খোঙথাং মাল্লি হায়দুনা ঈ পী জীনা মনিপুর দানসিং দিয়ার থোল্লম্মী। ব্রমাদা *(মেনমার)* ফংলিবা থামীন কৌবা শজি মখলসিগা চাওবা-শাংবা, মশক-মতৌ য়াম্না মান্নে হায়দুনা শঙাইবু মনিপুর থামীন হায়নসু কৌনে। পারসী ইলদগা অহানবা শকথঙনখিবা শজি মখলনি হায়দুনা ইলদস দিয়ার সু কৌই। বিগ্যানগী জগৎতা জোন মেকক্লিলেন্দনা ইং ১৮৪২ দা শঙাইবু সরবস ইলদি ইলদি মীংথোন্দুনা পৃথিবী শিনথুংনা শকতাকখি।

***অতৈনবা পেলা***

**অহানবা খোনজেল *(নুপী)* ঃ** সরবস হায়বদি লাবগী কোকথক্তা মরিল ফুনবা মচী হৌবা শজি হায়বনি। মচীশি চহী খুদিংগী অমুক'মুক কেল্লি অদুগা নৌনা অমুক হৌগৎলকপা মচীনা চহী অদুমক্তদা অমুক মপুঙফানা চাওখৎপা ঙম্মী। শজি কাংলুপসিগী অমোমদি মচী হৌদে।

**অনিশুবা খোনজেল** *(নুপী)* **:** ইলদি হায়বগা মনিপুব, ব্রমা, অমসুং থাইলেন্দা ফংবা শণ্ডাইগী খারাবু খণ্ডনৈ। শণ্ডাইগা অহানবা শকখণ্ডনখিবা পারসী এলদবু ইকায়খুম্নবা উৎতুনা খোনখিবা মিংনি।

**অহুমশুবা খোনজেল** *(নুপী)* **:** অমুকসু ইলদি হায়রগা মনিপুর শণ্ডাইনা ব্রমা অমসুং থাইলেন্দ মখলদগী তোণ্ডাল্লি খণ্ডহনবনি। পাবসী ইলদবু মখাতানা ইকায়খুম্নবা উৎপনি।

*অতেনবা লেনা*

**ব্রারী মখা :** শণ্ডাইবু সরবস ইলদি ইলদি কৌখিবগী মরমদা ইং কুমজা ১৮৪১দগী ১৮৪৩ ফাওবদা কলকটাদা ফোংখিবা নৈচবেল হিসট্রিগী লমায়শিং হায়দোক্তুনা য়েংসি। ইং কুমজা ১৮৩৮দা কেপটিন গুপ্পি কৌবা বেঙ্গোলগী ইনজিনিয়ার অমনা কছারদগী মনিপুব ফাওনবা লম্বী অমা শেমনবা শিনখি। গুপ্পিনা নৌনা শেমগদৌরিবা লম্বীসিগী পরিং থিরকপদা অমুক্তা উখিদ্রিবা শক্তি অমগী মকোক, মচী থেংনখি। গুপ্পিনা :

***শেম্নুং মখোল***

**গুপ্পি :**

এ মসিদি করিনো !
কবম্বা শক্তিগী মকোকনো !
সি মণ্ডং মাল্লিবা
চীবোংসিনা ফজরিবা !
'সিগুম্বা মচীপানবা শক্তিসি
ঐ অমুক্তা উখিদ্রি।
শোয়বোই মসি
পৃথিবীদা অমুক্তা
শকখণ্ডনদ্রিবা কনামতনা
শক্তি মখল ওইগনি।
অদুদি
শক্তিসিগী 'শেংবা মশক্তি
খণ্ডগনি কবম্না ?
*(খনবা)*
ও !
উপায়মদি লৈবে !

কলকটাদা লৈবা
জোন মেকক্লিলেন্দ কৌবদো
মহাক্তি 'সিগুম্বা
মকোক চী পানবা শজি
কয়া কয়া উয়মলনি।
শজিসিগী অশেংবা শক
মহাক
শোয়দনা খঙলমগনি
কয়ে অদুদি
চান্নরবা মঙোন্দা
মচীসিমক থান্নগে।

**ঙ্কারী মখা ঃ** ওহ্নোকপনি, জোন মেকক্লিলেন্দসু মঙোন্দা পিয়ক্লিবা শজি মচীসি মশক খঙলমদে। মহাকসু অমুক্তা উখিদ্রিবা পোৎশক ওইদুনা ইঙক ঙকখি। কেপটিন গুদ্বিগুম্বা শজিসি কনামতনা শকখঙনদ্রিবা, মমীংসু খোদ্রিবা অনৌবা থারা অমা ওইগনি হায়বা মহাকসু চেংনা থাজখি। মরমসিনা মহাক্না শজি মচীসিগী মওং-মতৌ, মংলকপা মকমনচিংবা শুগায়না তাকুনা ইং ১৮৪১দা কলকটা নেচরেল হিসট্রিগী চেকোঙ অমদা ইন্দিকেসন ওফ এ ননদিসক্রিপ স্পেসিজ ওফ দিয়ার হায়না মীংখোল্লগা কোঙখি। মসিনা শঙাইবু পৃথিবীগী মীয়ামদা শকতাকপগী অহানবা খোঙথাংনি। মেকক্লিলেন্দনা চেকোঙসিগী কোপী অমগা লোইননা অশাংবা চিঠি অমসু ইংলেন্দা লৈবা লেকটিনান্ত পারসী ইলদগী মকমদা থাখি। মহাক্না ইলদদা হায় ঃ

**জোন মেকক্লিলেন্দগী চিঠি ঃ** *চান্নরবা মরুপ, নহাক্না মনিপুরদা মতমকুইনা লৈরম্বা বৃটিশ মচা অমা ওইনা মকমদুগী লমিং-তুমিং, শা-উচেক্কী মরমদা মমুৎতানা খঙলমগনি নিংই। কেপটিন গুদ্রিনা য়াম্না চিং-লেম্না ফজবা শজি মচী অমা মনিপুরদগী ফংলে। মসি মীয়াম্না খঙনদ্রিবা, মমীং খোদ্রিবা শজি মখল অমগী ওইরমগনি হায়বসি ঐ অমসুং গুদ্বি ঐখোয়নিমক্কী থাজবনি। নহাক্না শজি মখলসিগী মরমদা অখঙবা লংলা-লংজিন লৈরগদি মদুনা শাসিগী অনৌবা মীং খোনবদা য়াম্না তেঙবাংগনি নিংই। হৌজিক নৌনা মীংখোন তমগদৌরিবা শজিসি কেপটিন গুদ্রিগী অপাম্বা মতুংইন্না খোনবদা করি কায়বগে ?*

*সেমুং মখোল*

**ৱারী মথা ঃ** অশেংবনি, লেফটিনান্ত পারসী ইলদ হায়রবসি মতমদুদা আসামগী চিফ কমিসনারগী প্রিন্সিপাল এসিষ্টেন্ত ওইরম্মী। মহাক মতম কুইনা মনিপুরগী বৃটিশ রেসিদেনসিদা লৈরম্বা মীশকসু অমনি। মেকল্লি লেন্দনা পিরক্লিবা খুদোলসি মহাকনসু তরাম্না লৌখি অদুগা ইং ১৮৪১ মেগী তাং ২১ দা শঙাইগী মরমদা শুগায়না তাকপা চিঠি অমসু ইরকখি। চিঠিদুদা ইলদনা হায় :

**ইলদগী চিঠি ঃ** *চান্নরবা মরুপ। মফমদুগী মীশিংনা শঙাই হায়না খঙনবা অচৌবা শজি মখলদু ঐনা ইংকুমজা ১৮৩৮ দা মনিপুর তম্পাক্তা য়াম্না তোইনা উম্রে। মহাক্না পামজবা লৈফমদি মনিপুর তম্পাক্কী খা- নোংচুপতা লুনা-নান্না ফজরবা লোক্তাক খোঙবানগী চোং-চোং লাওবা মফমদনি। নহাক্না হায়রিবা শজি মখলদুদি মনিপুর তম্পাক্কী মফমশিং নংতনা কছার, কবোভেলি অমশুং নাগাচীংগী মফমশিংদা খক ফংদবনি। চহী অদুমক্তদা ঐনা কেপটিন গুপ্রিদসু শজি মখলদুগী মচী জুরা খরা খুদোল পিখিবনি। শঙাই কৌবা শজি মখলদুগী মরমদা শুগাইনা ইরিবা ঐগী স্পোর্টিং দাইরিসি নংঙোন্দা থাম্ববনি। মদু নংনা শজিদুগী মমীং খোনবদা শিজিন্নবা য়ারগনি।*

*অতেনবা পেনা*

**ৱারী মথা ঃ** কেপটিন গুপ্রিগী মমাংদা পারসী ইলদনা হান্না শঙাইগী মরমদা মমুত তানা খঙলমলে। মনিপুরগী ৱাংমদা শকখঙনদ্রিবা শজি মখলসিগী মশক-মচু, মচী-চীহৌ অমশুং শক্রোন, লাব-অমোমগী খেন্নবা, মাগী পামজবা লৈফম পুম্নমক ইলদনা মেকল্লি লেন্দগী মফমদা শুগায়না ইরকখি। মহাক্না অসুমনসু হায়রকখি :

**ইলদগী চিঠি মথা ঃ** *মনিপুরদা ফংলিবা তোপ-তোপ্পা শজি মখলদুগী মমীং খোন্দুনা মীয়ামদা ফোঙদোকলমগে খল্লম্বনি। অদুবু, মাগা মান্নবা শজি মখল অমসু অৱাং নোংচুপ ভারতকি উমংদা ফংই হায়নরকপদগী মদুগী তঙতাবা অমা খঙখিগে ঙাইরম্বনি।*

**ৱারী মথা ঃ** চিঠিশি ফংবদগী মেকল্লি লেন্দনা শঙাইগী বিগ্যানিক ওইবা মীংথোনবদা ইলদবু ইকায়খুম্নবা উৎতুনা সরবস ইলখি ক্লৌখি অদুগা, শঙাইশুম্বা মকোক মচী পানবা শজি কাঙলুপ্পুনা ইলদস দিয়ার হায়না খঙনখি। ইং ১৯০০ গী মতুংদগী ইলদস দিয়ারগা শক্তম মান্নবা শজি মখলসু ব্রমা, থাইলেন্দ, লাও, কম্বোদিয়া,

হেন্নামগী লমশিংদা লৈরম্বা থেংনখি। মসিদগী পৃথিবীদা ফংলিবা ইলসদ দিয়ারগী সব-স্পেশিজ অহুমগী মীংথোল তমখি। মনিপুর শঙাইদা পারসী ইলদবু মপুংফানা ইকায়খুম্নবগা লোইননা স্পেশিজ অমগুং সব-স্পেশিজদা ইলদি থোনখি। মমাদা ফংবা ইলদস দিয়ারবুনা স্পেশিজদা ইলদি অদুগা সব-স্পেশিজদা থামীন হায়না শকখঙনখি অদুগা থাইলেন্দ মখলগী শঙাইবুনা স্পেশিজদা ইলদি সব-স্পেশিজদা সাইয়ামেনসিস মীংথোন্দুনা শক্তাকখি।

*অতেনবা পেনা*

লামাঙ (*থাইলেন্দগী শঙাই*) :

ঐদি থাইলেন্দ ওংবীনি
অদুগা ঈথংনবী
মনিপুর শঙাইগী।
অদুঙৈ থাইলেন্দা
অহানবা খোঙদাবকঁঙৈ
ইপাম লমদম তামহৌরবী
ঐবু
থাই ইবুং'পাউরাশিংনা
লামাঙ হায়না কৌবীদুনা
তবাম-তরাম ওকপিখি।
অদুগা
ইংকুমজা ১৯১৫
তামলবা সমুদ্র ঈরাংমদগী
লাইদেকব কৌবা নুপা'মা
থাই লমদম য়ৌরকখি।
নোংমা মহাক্না
সাইয়ামগী নিংথিরবা উমংসিদা
ঐখোয়নি
শকখঙনখি তুমিন্না।
নুমিৎতুদা মহাক্না
লমদমসিগী কোলোয় লৌ
সাইয়াম উমংবুসু নিংশিংনা
সাইয়ামেনসিস মীংথোনবীখি
ঐবু।

লমদম তামনা তামনা লৈনপ্রবী




অতেনবা পেনা

থামীন (ব্রমাগী শঙাই) :

ঐনা ব্রমা ওংবীনি
অদুগা ঈরেমতোম্নি
মনিপুর শঙাইগী।
ইপাম লমদম নুংশিবী
কংলৈ পুংয়ায় থাদোকলম
ব্রমা উমংদা ওংলুবনা
ঐখোয় ইরম ব্রমানি
লমদমসিদা
ঐগুম চাওবী শক্তিদি
থামেঙ হায়না কোলোয়নৈ।
অদুগা
ইং কুমজা ১৯১৮
তোমাস কৌবা মহাকনদি
ঐবু
থামীন কৌবা মীংগৌনা
তাইবং মীওই মরক্তা
শক্তাকপিখি নুংশিনা।

**খ্বাল্লী মথা :** লমদম তামনা তামনা লৈনপ্রবী ইলদস দিয়ার নত্রগা ল্লো এস্তিলর দিয়ার গী লৈফম, পুন্সি মরেল তোঙান-তোঙান্নি। মনিপুর শঙাইনা ফুমদি-হাওদি মরাংকায়বা অদুগা নারক-মোঙশোংসু খ্বাৎতবা মফমদা লৈবা পাম্মী। ব্রমাগী থামীন অদুগা থাইলেন্দগী সাইয়ামেনসিস মখলনা অকঙবা মফমগী অশোংবা উমং-খ্বামংদা লৈবা হৈনখি। ইলদস দিয়ারগী সব-স্পেশিজ অহুমগী মওং-মতৌদি :

*অতেনবা পেনা*

**অহানবা খোনজেল** *(নুপী)* **:** মনিপুর শঙাইগী মখোঙ খুজেং শাংই অদুগা মতুদি হৌদে। মখোঙ খুজিল লোংখুম অনিমক লৈপাক্তা হেক নেংথবগা মশা মতোমদা ফন্দোরক্লুনা পাকথোকপা ওম্মী। মসিনা ফুমদি মথক্তা শঙাইনা পুংথদনা চংপদা মতেং পাংই। শঙাইগী মচীসু

মতুম তায় অদুগা মতোনলোম্বদা শিং নাল্লি। অহল ওইরক্লগা থা-মচেৎ শারিবা মচীগী ময়াই চবুক্তা পতুমগুম্বা মচী তুম্বৌ অমা হৌরকই।

**অনিশুবা খেনজেল *(নুপী)*:** ব্রমাগী থামীনদি মখোঙ খুজেং তেল্লি অদুগা মতুসু হৌই। অকশুবা লমদা লৈবগী হৌনবী মখোঙগী শক্তমনি। মাগী মচীদি মতুম তাবগা যুংনা ময়াং-ময়াংলি। য়েংবদা শুপ-শুপ লাওরমগদবা মাল্লি। মচা ওইরিঙৈদগী থা মচেৎ শারিবা মচীগী ময়াই চবুক্তা মচী তুম্বৌ অনি হৌই।

**অহমগুবা খোনজেল *(নুপী)*:** থাইলেন্দগী সাইয়ামেনসিসদি মখোঙনা ব্রমাগী থামীনগা মান্নে। মচীগী মওং-মতৌনা মনিপুর শঙাই অদুগা ব্রমাগী থামীন অনিমক্তুগী খব তোঙাল্লি। থা-মচেৎ শাবিবা মচীগী মতোন্দা থাংশাংগুম খর পাকথোকই।

*অচেনবা পেনা*

**ঋারী মখা:** ইলদস দিয়ারগী সব-স্পেশিজ অহমকসি শাথিনা মশীং হন্থখিদুনা ফিভম শোকচিল্লবা শজি ঙাক্তা ওইবে। মনিপুর শঙাইবু ইন্দিয়ান ৱাইললাইফ প্রোটেকসন এক, ১৯৭২ (মনিপুর রুলস, ১৯৭৪) গী অহানবা সেদিউলদা মীং পানখৎতুনা য়াওরে। মসিমক শঙাইনা পৃথিবীদগী য়াম্লা থুনা খোঙগুল মুৎখিবা য়াবগী থাক্তা লৈরে হায়বনি। মরমসিনা অকিবা শক্তমসি থোক্তনবা, শঙাই কন্নবগীদমক্তা ঋাইদগী অকনবা মীৎয়েং, চেকশিন থৌবাং লৌখৎপা তঙাইফদ্রবনি। মসিগী লৈফম, লম বর্গ কিলোমিতর নিফুখক্তা পাক-চাওবা কৈবুল লমজাউসিসু ফিভম ফত্রবা শঙাইগী লৈফমনি হায়না আই ইয়ু সি এনগী রেদ দাতা বুক্তা য়াওরে। ব্রমাগী থামীনসু ব্রমা ৱাইললাইফ প্রোটেকসন এমেন্দমেন্ট এক, ১৯৫৬ বী মখাদা সরকারনা ঙাক শেন্দুনা থমস্ত্রে। সাইয়ামেনসিস মখলসিসু হাল্লগী লৈফম থাইলেন্দদি লৈত্রে হায়না লৌনরে। মসিগী মশীং চামুকখক্তংনা হৈনামগী উমংদা অরোইবা চংজফম লৌরি হায়না থাজনরি। মফমসিদসুম মহাকপু ফাস্ট রেন্ক প্রোটেকতেদ স্পেশিজ অমনি হায়না চীন সরকারনা লাওথোকস্ত্রে।

*অৱাবা বাঁশী*

**শঙাই:** মালেমসিদা<br>শঙাই ঐগী হায়ববু<br>কৈবুল লমজাউদা লৈরিবা<br>ইচা'শু য়াম্থেমুক

অদুগা
অরাপ্পা শায়োকশঙশিংগী
মখোয় চাম্বামুকশিনা
লোইরবনি ইতারোই।
(শ্বর চাওনা হোনবা)
লমদম তামনা তামনা
লৈনগ্রবা ঐখোয়'রক্তা
ঐগী ইনাও নুংশিবী
খোমদোন লাংমৈ ওইরিবী
ব্রমা ওংবী মহাক্লা
ঐঙোন্দগীদি য়াইফরী
অদুবুনে মহাকসু
ময়াইথংবা ব্রমাগী
শুক্লা মন্ন উমংদা
কনা খঙহন-উহন্দনা
তুফক'ফাই ইচন-চন
লৈখরে।
অদুগা ঐখোয়গী
মীৎয়েং তামনা তামগ্রবী
থাই ওংবী ইনাওদো
মহাক্তি
লাইবক থিরবীনি লময়ৌনা।
মহাক্লা পামজনা ওংখিবী
সাইয়ামগী নিংথিরবা উমংদি
তাইবং খুৎতা তাহৌরে
অদুগা মহাক্লা
তান্নবা হৈনাম উমংদা
কনা খঙদ-উদনা
চংজফম লৌরি অরোইবা।
খৌইয়ুম মাগী লোংদমনা
পিদোক্লবী য়াওরৌ ওই
বানা পুন্সি লেপ্লিদো
ইতারোই মহাক্তো।
(কপ্পা)।

### অহমশুবা

# লোক্তাক খোঙবানগী য়াওরৌ

### *হি হোনবা, ঈশিংগী উচেক ময়াম খোংবা তাই*

**য়ারী লিবা ঃ** পৃথিবীদা শজি মখল চামরোম লৈরি হায়না পানরি। মখোয় অয়াম্বা লল্লক্কী শা ওইনা মনিং-মখা তমলি অদুবু শজি মখল খবদি মশীং শাথিনা হল্লক্রে, মখোয়গীদমক অককনবা চেকশিন থৌরাং থুনা পায়খৎহৌদ্রগদি খোঙগুলফাও মুৎথিবা য়াবগী ফিভমদা লৈরে। অসুম্না পুন্সি মমী ইশাম শাম্না হিংলিবা শজিশিংগী মরক্তা ঐখোয়গী শঙাইনা অথোয়বনি। শঙাইত নতনা ভারততা কাছমীরগী হংগুল, কসতুরী শজি অমশুং কনহা নেসনেল পার্ক্কী বাবাসিনহাগী ফিভমসু নোংম-নোংমগী শোকচিল্লক্লি।

### *অতেনবা পেনা*

**য়ারী মথা ঃ** শঙাইনা পৃথিবীগী অতৈ মফমদা ফংলিবা শজিশিংদগী য়াম্না তোঙাল্লি। মসিগী মশক-মতৌ, মরুওইনা মচীগী মওংসি ইতোপ-তোম্নী, থোইদোক হেন্দোক্লা চীংলেম্না ফজে। ইয়ুরোপকি শজি অঙাংবা, ভাবতকি বারাসিনহা, শাজলগুম্না শঙাইসু অচৌবা শজি মখলনি। শঙাই লাবনা অমোমদগী হেন্না চাওই।

### *শঙাই শৈথাবা খুনুং ইশৈ*

*য়াওরৌলক্কুগী অথোয়বী*
*শঙাই কৌবী নহাকনি*
*মালেমদা অনি শুদ্রবী*
*তোমথিল ঙাল্লিবী য়াওরৌসে*
*লৈরি কৈবুল লমজাউদা*
*কংলৈপুঙগী খুদোলনি*
*মালেমদা অনি শুদবা।*

**য়ারী মথা ঃ** শঙাইগী মশাপুম্বা অপৌবা মতুনা তরল-তরল হৌই। কুচুদি হায়কেৎ ঙাংলৈনবদগী হকচীনবা কাঙচেৎ মচুনি। হকচাংগী পুকথংবা শরুক চিনবান, শেগ্রাক, নাকোং মনুং অদুগা মমৈগী মখাদা অঙৌবা মতু হৌই। মায়গী

পীশুম কায়ক, খয়াৎ মনাক, খুউতাঙ অদুগা য়াংলেন শরুপরেংগী মতুনা মুই। মচা ওইরিবঙেদা নাহুল অমশুং নিংগোঙদা অঙৌবনা মফু ৎ-মফু ৎ লাংই। কালেনথাদা মখোয়না ককই কাবা ঈশিংদা কুমলুবা নত্রগা লৈখোম-লৈনাঙদা লৈওল্লুবদগী মশাগী অশেংবা মচু খঙবা ব্রাই। শঙাইগী মমৈ তেলি অদুবু চামরগুম জুম-জুম লাওই। চহীগী খৃতু মতুংইন্না লাবগী কুচু, মশক-মতৌ, লমচৎ-শাজ্বৎ হোংই। অমোমগীদি থোইদোকনা হোংদে।

*অতেনবা পেনা*

শঙাই ঃ
ইমান্নবী য়াওরৌলক্তগী
নাইতোম চীৎথহৌরবী
শাগৈ-নাতৈসু তামহৌরবী
শঙাই কৌবী ঐবু
কংলৈগী ইবুং'পাউব্রাশিংনা
লুনা চান্না তৌবিবা
ঐখোয়না কয়া হরাওজৈ।
অদুগা ঐখোয়বু
অথোইবীনি য়াওরৌলক্তগী
মালেমদা অনি শুদ্রবী
কুচুনা সনা কুদোঙলিবী
লুরেলথক্তা চুমথাঙ খল্লিবী
খোঙকাপ- খোঙথাং খুদিংদা
জগোয় খুৎথেক উৎলিবী
তাইবং পুক্লিংবু শুমহৎনা
চানবী ব্রাহৈদা নখোয়গী
ঐখোয়না কয়া পেনজৈদো ।

**ব্রায়ী মথা ঃ** শঙাইগী মখোঙ তনাপ-তনাপনা য়েংবদা ওয়োক্লা। ফজৈ অদুগা খুজেংগী উনশাদি মকু-মকুই, মতুসু হৌদে। মখোঙ খুজিলনা ববরগুম মশীঙ কায়, য়াম্না উই অমসুং কল্লি। ফুমথক্তা চংলিবঙেদা খুজিল লোংখুম অনিমক মশ মতোমতা ফন্দোরকই। মসি শঙাইনা মতম কুইনা ফুমথক্তা লৈরকপদগী ওইবকখিবা শক্তমনি। ব্রমা অদুগা থাইলেন্দ মথলশিংদি খুজিল লোঙখুম ফন্দোকপগী শক্তিসি ব্রাংলি। শঙাইগী চীংলেম্না ফজবা শক্তম অদুগা শাংতক তৌবা মখোঙবু শিংথারম্লুনা এলবান ব্রীলসন্না হায় ঃ

*অতেমবা পেনা*

**নুপা খোনজেল *(গ্রীলসন)* :** লোক্তাক খোঙবানগী কুণ্ড-থানা হৌবা নাগীরক্তা মনিপুরগী য়াম্না চাঁওলেম্না ফজবা শজি মখল অমা লৈ। মদু ইয়ুরোপকি রেদ দিয়ারগুম চাওই। শজি মখলসিগী মকোক্তা সি মওং য়ানবা মচী হৌই। মখোঙ খুজেংসু শাংতক তৌনা য়েংবদা ওহোক্লা ফজে। শাসিনা ফুমদী মথক্তা চৎপদা তেঙবাংনবা প্রকৃতিনা তমলকপা খুদোলনি।

**ব্রারী মখা :** ঈ পি জীনসু হায়রম্মী :

**নুপা খোনজেল *(জী)* :** শঙাই হায়বসি মনিপুরগী লোক্তাক খোঙবানদমক্তা লৈবা, রাশি-গুন চঙখোম্না ফজবা শজি মখলনি।

*অতেনবা পেনা*

**ব্রারী মখা :** শঙাইনা চহী মরী শুরকপদা মশাগী শরু-শয়াং চাওখৎপা লোইরে, হুকচাংগী ফিরেপ মপুং কারে অমসুং মীওই শুরে। শা অসিনা চহী নৌনা শরু চাউখৎপা লেপখিবগী কান্নবা লৈ। লাযনা চহী খুদিংগী মচী অমুক অমুক কেন্দুনা মথং চহীগী চাবোকথা কাওবদা নৌনা হৌরকপা মচীনা অমুক শারেপ কানা চাউখৎপা ঙম্মী। অদুনা, হুকচাংগী শরু-শয়াং চাউখৎপদা শিজিন্নগদবা চিনজাক্কী মচি ওইবা মচলশিংদু মচী চাউখৎপদা শিজিন্নবা কংহল্লি। অদুগা, শঙাই অমোমসু মশাগী চহী মরীতা শুরকপদগী মচা পোকপা ঙম্মী। চহী খুদিংগী মচা অমমম পোকপা ঙম্বা শা ওইবনা চিনজাক্কী মচিওইবা পোৎচাকশিংদু শরু-শয়াং শেমগৎপদা শিজিন্নথোকখিবগী মহৎতা পুকনুংদা নাওপুরিবা মচা চাউখৎপদা শিজিন্নবা ঙম্মী।

*অতেনবা পেনা*

**ব্রারী মখা :** শঙাই মচানা থা কুম্না শুরকপা কাওবা য়াশিনবা লোইহ্নি। শঙাই লাবা-অমোম অনিগী য়া মখল, য়ারোল খেন্নে। মপুং কারবা লাবা অমগী ময়া কুম্নামরী অদুগা অমোমগীনা কুম্নানিথোইতমক পাল্লি।

*অতেনবা পেনা*

**ব্রারী মখা :** শঙাই মচীনা কোক্কী শরু তুম্বাদগী হাকথেংমনা খক হৌরক্তে। অহানবদা পেদিকল কৌবা চৈখোক অমা মীৎকি পিশুম মপাদগী খিনগৎলকই অদুগা মদুগী মতোম্দা থা-মচেৎ শামা কোনবা মচী পাল্লি। চহী মতাংগী মতুংইন্না মচীগী মওং-মতৌসু খেন্নে।

**অহানবা খোনজেল** *(নুপা)* **:** চহী অমতা ওয়ারিবা শঙাই মচাদি মচী হৌদে। পেদিকল মতোন্দা অশাংবা মতু জুম-জুম হৌই।

**অনিশুবা খোনজেল** *(নুপী)* **:** চহী অহুম শুরকপা লাবগী মকোক্তা হামেং মচী মান্না হৌরকই। মচী অমমমনা মিলিমিতর চনিরোম শাংই অদুগা গ্রাম মরিফু তরা ফাও লুম্মী।

**অহুমশুবা খোনজেল** *(নুপা)* **:** চহী মরি শুরকপদগী মকোক্তা থা-মচেং মানবা মচী হৌই। মতমসিগী মচী অমমমনা মিলিমিতর চামরীয়াখ্রে শাংই অদুগা গ্রাম চনিয়াখ্রেফাও লুম্মী।

**মরিশুবা খোনজেল** *(নুপী)* **:** চহী নিপাল শুরকদা শঙাইগী চাউবা শাংবা মপুঙ ফারে, চাউখংপা লেপরে। মতাঙশিদা মচীসু মপুঙ ফারে মচী অমমমনা মিলিমিতর লিশিং অমা চনি য়াখ্রে য়ৌনা শাংই অদুগা গ্রাম লিশিং অমা চাময়াখ্রে ফাও লুম্মী। মসিগী মতুংদগীদি মচীগী চাওবা-শাংবা খর-খর হুন্থরকই।

*অতেনবা পেনা*

**শঙাই :**

*(হরাওনা)*

খবশা কৌবী খোইনৌও
শঙাই ঐগী পুক্লিংসি
ঙসিদি
কয়াদা পেনজরিবা।
য়াকচীং উলেন্না তাকখিবা
কালেন নুংশাদি য়াক্লিউঙে
য়েনৌ'নিঙ থাসিদা
মানজ ওইবা মহাক্না
কাঙচেং কুচু মুরৈনা
থাবাক লমঙান কল্লা
নোয়-পেল্লিবা ঙমশমদা
তুবান জুম-জুম তানা
লুরেলদা চীরেং থোল্লিবা
চীং-লেম্বা শাজংনা
তুবং'বং চংতুনা
য়াওরৌ পুক্লিং হুরিবা

শাবী মাগী চেঙলৌসে
ফজদ্রা
য়েংউনে !

**ষারী মথা ঃ** অশেংবনি, কৈবুল লমজাউদা হৃপনৌ শজিক চোংবা মতমসিদা মপুঙফানা চাওরবা মচী পানবা শঙাই লাবসি চুঙ-ফিরান চানা খ্বাইদগী ফজে। অদুগা নোংজুথা চংলকপদা মচীক অনিমক চৈখোক ওইরিবা পেদিকল মতোন্দগী মতোমতা কেনখিদুনা ফজরম্ম শক্তম মাংখি। অদুবু নুমিৎ তরামঙানিগী মনুংদা অনৌবা মচী অমমমুক হান্নগী মফমদগী হৌরকই। অনৌবা মচীসিনা থা মরি-মঙাগী মনুংদা জর-জর চাউখৎলক্তুনা অমুক মপুঙ ফাই। নৌনা হৌগৎলকপা মচী খুদিংমক অহানবদা রেশোমগুম মোন-ম্রোনলাওবা উনশানা য়োমশিল্লি। নিংথম চংলকদা উনশাগী কুয়োমসি কংশিল্লক্তুনা মশা মতোমতা অমুক হৃক্তোকচখি অদুগা মনুংদা য়াওরিবা শারুগী মচীদু নুংশিৎ-নুংশা লাংদুনা কনশিনলকই। নুমিৎ কুম্ভাদগী নিফুমঙা ফাওবদা মচীনা মপুংফানা কনশিন্দুনা শঙাই লাবগী খ্বাইদগী ফবা খুৎলাই ওই। মতমসিদা মখোয়না কনাবুসু কিরুদো। পাক্কী মফম শিন্থুংনা চৎতুনা য়ুম্বানবা য়াবা অমোম কোইথি থিরকই। চহীগী ফাইরেল-লমতা-শজিবুদা মখোয়গী চাবোকথানি। অদুগা, মতমসি কৈবুল লমজাউগীসু খর খোঙগং-খুকংবা ওইবনা পার্ক মনুংদা মীসু চংই।

*নুপা -নুপী শকমিন্নবা খুনুং ঈশৈ*

*নুপা ঃ*

*লাওদা লাওদা মরুপখোয়*
*কোরৌনা নারল য়াইহ্রিঙৈ*
*থাঙগোল খুৎতা পাইরগা*
*কৈবুল লমজাউ কুমলুসি*
*শিঙউৎ-শিঙনাং খাওরুসি*
*লাওদা লাওদা মরুপখোয় ।*

*নুপী ঃ*

*লাওদা লাওদা খোয়নৌখোয়*
*কোরৌনা নারল য়াইহ্রিঙৈ*
*হৈহ্রাং খুৎতা পাইরগা*
*কৈবুল লমজাউ কুমলুসি*
*লোকলৈ-পুলৈ হেকলুসি*
*লাওদা লাওদা খোয়নৌখোয় ।*

*নুপা + নুপী ঃ*

*লাওদা লাওদা ইচলখোয়/ ইবুংখোয়*
*কোরৌনা নারল য়াইহ্রিঙৈ*

*লাওবু/লোওবু খুংতা পায়রগা*
*কৈবুল লমজাউ কুমলুসি*
*লেমলৈ ওারম খিরুসি*
*লাওদা লাওদা ইচলখোয়/ইবুংখোয়।*

**অতেনবা পেনা**

**শঙাই ঃ** খোয়নৌও নুংশিরবী
তারেদনা নহাকসু
তাইবং মখোয়গী য়াবাসে।
ফাইরেল-লমতা থাচংসি
শঙাই কৌবী ঐগীদি
খ্বাইদগী মরুওইবা থাবুমনি।
তাঙলৌসিদা
মপু মাগী থৌদা ইন
ইশাবী থঙলেন মহাক্কা
পামু চিক্লা চিনলোকনবা
নুংশি চান্না চিন্দিন্নবা
তাওজিং হৈরু লিকখায়নবা
মতমনিদো ইতারোই।
মতমসিনা হৌখিদুনা
কুমগী নোংহৌ লাক্লগা
ইশাবী পাজলবা মহাক্কী
লুরেলথক্কী চীয়োঙনা
কেনথ্রনি মালেমলৈদা
লোইননা
ইশাবী মাগী
শামা পাঙ্গলনা হুম্বরক
থাখল লৈয়োলসু কংশিন্নক
লাইবক খিবী ঐহাকপু
অকাও-তুংওই পঁরেনা
হন্দোকপিরমনিদো ইতারোই।

কুমজাশিগী ওইনদি
পামু-নুংশি চিনলোকনবা
অমুক হন্না ফংলরোই
ফংলরোইদো ইতারোই।

*শুর চাওনা হোন্নি*

ন্বারী মথা : নিংথমথা লোইখিবগী ফুমদি কঙশিন্নকপা মতমসি শঙাইগী পুন্সি য়াওলদা য়াম্না মরুওইবা তাঙ্ককনি। মতমসিদা করিগুম্বা মখলগী নিলখোংবা অমতা শঙাইবু তাহন্নোইদবনি। অকি-অখঙশু থোকহন্নোইদবনি। অদুবু লমদমসিগীদি মতমসি হরাও-কুম্মৈ য়াম্না কুঙবা থানি।

*অরাম্বদা য়াওশং খবল চোংবী মখোল*

ন্বারী মথা : লমতা থাদা য়াওশংনি। নুপামচা, নুপীমচাশিংনা নাকাথেঙবা, কি মুনবা, অবের তৈবা, মখল কয়াগী হরাও-কুম্মৈ নুমিৎ মঙানিচুপনা পাঙথোকই। য়াওশং কুম্মৈগীদমক মপা মমা ওইবশিংনা নুমিৎ কয়াগী মমাঙদগী চীঙ কাদুনা, পাৎ কুমদুনা থবক শুই। পৈশা তান্নি। মতুংদা অমুক শজিবু চৈরাওবগী লোকলৈ-পুলৈ, কোমপ্রেক, য়েলাং, কন্বোং মনৌনচিংবা হেকপা মী য়াম্না পার্ক মনুং চংই। মখোয়গী নিলখোঙবা খোনজেলনা শঙাইগী নুংতিগী তৌগদবা মথৌ-মঙমদা অকায়বা হেক হেক পি। শঙাইনা অকিবা মীপায়বা মীৎয়েংদা মরাই থাঙগৎ থাঙগৎতুনা লেপলগা লৈ। কৈবুল লমজাউদা মীয়াম্না পামনবা শজিক, মনা-মশিং হৌবসি থাঙব্রেন-য়াঙবী অমশুং মসিগী মনাক নকপা অথাবা ফুমথক্তনা হেন্নি। মরমসিনা মফমসিদা মীসু য়াম্না চংই। লুরিবদি মফমসি, মতমসিদা শঙাইগী পা-পী তিন্নফম খ্বাইদগী খুদোং চাই অদুগা, চাবোকফমসু ওইরি।

*অরাম্বদা বাঁশী খোংবা তাই*

শঙাই : লমতা থাগী থাবুঙ য়াই
থাবলগী ঈপোম মরক্তা
খুনজা পাখং-চনুরাশিংনা
লোক্তাক মাগী মশাইকোন্দা
য়েৎলোম-ওইরোম ফমমিন্না
অপাম-নুংশি চিনলোকনরিবা
চামিন্নরিবা হৈরাং
চিনমিন্নরিবা লৈন্নাং
শঙাই ঐনা কন্নকই।

মতমসিগী
ইচিক হন্না অহিংসিদা
লোক্তাক খোঙবান্দা ওংজবী
য়াওরৌ ওইবী শঙাইসু
ইশাবী মানজ মহাক্তা
থাবলগী ইপাল লংনা
থম্মোয়'শ্মোয় শিন্ননা
য়েংমিন্ননিংই ঈথক'পোম
লোক্তাক ঈপাক মহাক্কী।
*(হায়জবা)*
হে কংলৈপাক্কী ইবুং'পাউবাশিং
খোয়নৌ লেমংমান্নবী ইতায়োয়
শঙাই কৌবী ঐগী
অপাম-নুংশি তিন্না থা
কাইয়েল-লমতা-শজিবু
থাবুম অহমসিতদি
তাইবং নখোয় 'রক্তগী
থাপনা লাপনা লৈজগে
থাঙব্রেন ইমাগী তম্পাকসে
ঐগী য়াকাবুঙবু ওইজগে
তাইবং শউম লাংহনবীগনু।

## মরিশুবা

# অরোইবা চংজফম

***শঙাই শৈথাবা খুনুং ঈশৈ***

*য়াওরৌলক্তুগী অথোয়বী*
*শঙাই কৌবী নহাক্নি*
*হায়নৈ নমু তাইবংগী শাইওন্নি*
*মপাঙ ঙাইনা লমজেল্লি*
*শঙাই কোলোয় মিংথোল্লি*
*কংলৈপুঙগী খুদোলনি*
*মালেমদা অনি শুদবা*
*লৈরোই লৈরোই লৈরোইদা*
*চাংতমনিঙাই লৈবোইদা ।*

***হি হোনবা, ঈশিং উচেক ময়াম খোংবা তাই***

**ৱারী লিবা ঃ** ঈশিংনা পলোন কোয়শিল্লবা কৈবুল লমজাওগী থোক-থোক নোম্বা ফুমদি মথক্তা মীওইবনা, ফাজিন্দুনা য়োকপা শা অমগুম শঙাইসু হিংলি। অদুবু, চহী চাম্মুক্কী মমাঙদদি শঙাইনা লমদমসিগী চীংয়া-তময়া শিনথুংনা লৈরম্মী হায়বগী ৱারী-ৱাখোং, খুদম-চাংতম কয়ামরুম ফংই। কংলৈপাক্কী চীং অমসুং তম্পাক্তা শঙাইরৌ, শঙাইথেল, শঙাইতাবী হায়বনচিংবা খুঙগং কয়াগী মিং লৈরিবসি মফমদুদা শঙাই লৈরম্বা নত্রগা শঙাই ফাখিবা থৌদোক ৱাথোক্তা মরি লৈনৈ। অদুবু, মীয়াম্না য়াম্না খঙনিংনা, লাঙতকননা হংনরিবা ৱাফম অমদি শঙাইনা মনিপুরগী ৱাঙমা অতৈ লমশিংদসু লৈরমত্রা হায়বসিনি। মনিপুর, ব্রমা অদুগা থাইলেন্দগী সব-স্পেশিজ অহমসি মতৌ করমনা ওইরকখিবনো ? মখোয়না লৈপাক লাম্না, লমদম তামনা-তামনা লৈনত্রিবশিনা করিগীনো ? ৱাহং কয়াশিগী মরি লৈননা শজি-শঙাইগী অখঙ অহৈশিংগী মত য়েংসি। ইং ১৯৪৩ দা আই আর পোকোকনা হায় ঃ

**নুপা খোনজেল (পোকোক) ঃ** শঙাইনা মনিপুরদতা নংতনা ব্রমা, মালোয় পেনিসুলা, সাইয়াম, হৈনাম অদুগা আনামগী মফমশিংদসু ফংই।

*অতেনবা পেনা*

**য়ারী মথা ঃ** ইং কুমজা ১৯৫৫ দা ব্রমাগী টিন য়িননা হায় :

**নুপা খোনজেল (*টিন য়িন*) ঃ** ব্রমাগী আরকান য়োমাশি শা-কৈনা লাম্বোকপা ঙমদবা মহৌশাগী খুৎশেম অচৌবা পল অমনি। ব্রমাগী থামীন্না মীনবু চীংনুংগী উজাও কুণ্ড-থানা হৌরিবা উমং লাম্বোরকপা ওইথোক্কে। মরমসিনা লেফটিনান্ট জেনেরেল ফীলিপ ক্রীসতাসেননা আরকানদা থামীন অমা উখি হায়বিসি নোংপোক পাকিস্টানলোমদগী ফাওজিল্লকপা মনিপুর শঙাই ওইবমগনি।

**য়ারী মথা ঃ** ইং ১৮৪৩ দা হেনরী ইংলিসকী য়াকম পন্নদুনা জোন মেকক্লিলেন্দনসু হায় :

**নুপা খোনজেল (*মেকক্লিলেন্দ*) ঃ** নিংথমথাদা ফুট লিশিং মরিদগী মঙাফাও য়াংবা কাছ চীংজাওদা মনিপুর শঙাই ফংই।

**য়ারী মথা ঃ** শঙাইবু ইহান হান্না মশক-মতৌ কুপনা য়েংখিবা পারসী ইলদনদি মনিপুরগী য়াংমদা শঙাই ফংই হায়বা য়ারমদে। মহাক্না ঃ

**নুপা খোনজেল (*ইলদ*) ঃ** শঙাইদি মনিপুর তম্পাক্তমক ফংবা তোপ-তোপ্পা শক্তি মখলনি। মসিনা কাছার, কবোতম্পাক নত্রগা নগাচীংগী কবিগুম্বা মফম অমদা ফংদে। শঙাইনা পামজবা লৈফমদি লোক্তাক্কী নোংচুপথংবা খোঙবানগী ফুমদি-হাওদি ওইবা মফমগী অনেম্বা নাপী মরক্তনি। মহাক্না চোৎ-চোৎ লাওবা মনিপুরগী চীংখোঙ-চীয়াদসু পামজনা লৈ।

*অতেনবা পেনা*

**য়ারী মথা ঃ** আলবান য়ীলসন্না শঙাইবু মনিপুর তম্পাক্কী ফুমদি মরাং কায়বা মফমদা লৈবা পাম্বা শানি শিংথারদুনা হায় :

**নুপা খোনজেল (*য়ীলসন*) ঃ** ব্রমাগী থামীনগা মান্নবা শক্তি মখল অমা মনিপুরদা ফংই। অদুবু থামীনদি পাংথি-কোমথী ওইবা মফমদগী লাপথোক্না অকঙবা মফমদা লৈ অদুগা শঙাইনা ঈশিং মনাক্তা লৈবা পাম্মী।

*অতেনবা পেনা*

শঙাই ঃ য়েলহৌঙেদগী
ঐনা পামজবা লৈফমদি
অদুক হাক্লা ৱাংদবা চীঙদুম
মনাক্তা পাকচাওরবা
থেন লৈতেম মান্নরবা
নারক-মোঙশোং মরাংকায়রবা
লমদমনিদো ইতারোই।
তু - খোং - পাং
ঈশিং মরাং কায়বসু
ঐগী লৈফম খনবদা
য়াম্না মরুওইবনি।
ঐনা খোয়দাজবা লৈফমদি
কঙলৈ চীংখোঙ'য়াদা
মরাং কায়না লৈরম্মী।
অদুগুম্বা মফমদা
ঐনা চেন-চোংনা শান্নখিবা
চৈথারোল কুম্বাবা মহাকশু
খঙহৌবনি
উহৌবনি ইতারোই।

ৱারী মথা ঃ অশেংবনি, চৈথারোল কুম্বাবদা মনিপুরগী চীং-মান্দগী শঙাই ফাখিবগী মফম মতম থারম্মী।

*সেমুং মখোল তাই*

নুপা খোনজেল অহানবা ঃ মৈদিংঙু নরসিংহ পাল্লিঙৈদা ময়াং বরকাতারীনা ময়ুম হনখিবদা শঙাই অমা পুখিবনি। ইনিংথৌসিগী সনা হাকতক্তা, তরামাপলনি পানবা নিংথৌকাবদা কোনুংদগী শঙাই অমা ফাখিবা চৈথারোল কুম্বাবা ঐ খঙহৌই।

অতেনবা সেমুং

নুপা খোনজেল অনিশুবা ঃ শ্রীযুৎ চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাকতক্তা তরাতরেৎনি পানবা ইরাইদা পাওবীতেক্তগী শঙাই তরেৎকা' লোইননা কৈ অমা,

ওক অমসু ফাখিবনি। মতুংগী নিনিপানবা নোংমাইজিংদা চাউপোক্তগী শঙাই অমা, কৈঅমা, খবশা মরিসু ফাখি। অমুকসু নিনিপানবা ইরাইদা, লাংখোঙদগী শঙাই অমা ফাখিবা উহৌই।

*অতেনবা সেম্বুং*

**নুপা খোনজেল অহমশুবা ঃ** মহারাজ চুরাচন্দসিংহগী হাকতক্তা কুনমঙানি পানবা থাংজদা শ্রী যুৎ মশামক্তা শামু তোংদুনা শাতানবদা লমফেন-শোয়দগী শঙাই অমগা কৈ অমগসু ফাখিবা খঙহৌই।

*অতেনবা সেম্বুং*

**নুপা খোনজেল মরিশুবা ঃ** মহাবাজ বোধচন্দ্রনা, তবামবিনি পানবা লৈপাক-পোকপদা নোংমাইখোঙদা সনা খোঙলেংই। নুমিৎসিমক্তদা মফমদুগী মীয়াম্না শঙাই অমা ফারগা শ্রী যুৎতা কৎখি। শ্রীযুৎনসু পেনবীরদুনা লুপা তবা মনা পিবীখিবা চৈথারোল কুম্বাবা ঐদী উহৌই।

**ব্বারী মখা ঃ** মনিপুরদা মীশীংনা অসুম অসুম হেনগৎলকপগা লোইননা লৌউ-শিংউনবগী লম পাকথোক-চাওথোরকখি। অনৌবা লম্বী-থোং শানবা, দাম, কল-কারখানা লিংখৎনবা লমগী দবকার ওইবা অসুম অসুম হেনগৎলকখি। মসিগীদমক্তা উমং-ব্বামং, নাবক-মোঙশোংশিং কোকথোরক্তুনা চাউখৎ-খোঙথাংগী থৌরাং মথং-মথং পায়খৎলকখি। অসুম্না, লমলক্তা লৈবা শঙাই অমশুং অতৈ শা-উচেকশিংগী লোৎফম লৈফম মাঙহন-তাকহনখি, অসুম অসুম পিকশিল্লকখি। লোইননা শঙাই কয়াসু শিকাবগী শা ওইনা শাহৎপগী খুৎতা তাখি। মরম ময়ামসিগী অপুনবা চৈনা - চৈথেঙনা শঙাইগী মশীং হন্থবকখি অদুগা মখোয়গী লৈফম-চাফমসু নোংমা-নোংমগী পিকশিল্লক্তুনা কৈবুল লমজাউদা অরোইবা চংজফম লৌখি।

*অতেনবা পেনা*

**শঙাই ঃ** *(য়াম্না নিঙমদবগী মওং)*

লাইবকখিরবী শঙাইনা
মতম 'মদা
পোইরৈ ইমাগী মশাইগোন
চীংয়া-তময়া শিনথুংনা

হয়াও-তয়াম্না শান্নবা
কংলম্মীদো ইতারোই ।
*(খর চাওনা হোনবা)*
অদুবু
করামচাওবা তাইবংগী
মীওং মীনৈ খাঙনবা
পিদোম্লবী ঐখোয়না
লোক্তাক লৈমগী মশাইকোন
য়োকচবী ইমাগী তম্পাক্তা
চংজকম লৌখিবনি অরোইবা ।
অদুবুনে ইতারোই
মশাবী কায়নরকপগী
চিন্তা পোংলুমনরম্বী
ঐখোয়বু পোকপিরম্বী
পলেম ওইবী মহাক্না
লমজাউ খোঙদাখিবা পুংজাদা
নিংবা কায়রবা কদেংনা
তেংথাখিবা থম্মোয় শোক্না
অহীক মীকপ য়াবাদো
মকশিনখিবা মায়থোংদো
ঙসিসু
ঐগী থম্মোয় লাইয়ুমদা
ময়েক লানা তারিদো ।

### অরাবা বাঁশী

কদেং থাংজহনবা : *(য়াম্না নিংবা কায়না)*
চীংঙু মাগী করম্বা
নোংদমখোলবু লৈবনা
শেংনৌ-খায়নৌ তমম্লবোই
ওহোকপম্নী লাইবকনি !
ইশানৌ ভোনু মঙোন্দা

নুংশি খুদোলগে খন্না
অতমননা ফারকপনি
তোরবুংদগী
হে নাউপুরবী
য়াওরৌও শঙাই শকহেনবী !
অদুবুনে য়াওরৌও
কদেং ঐগী চান্নবীদো
ওংখিরমলে নিংথৌকোন্দা
অকনবা নিংথৌ চৈবাক্না
পোনগী চেক্লা ওইহনখ্রে ।
উপায় লৈত্রবী মহাক্না
য়ানা খাঙবগুম লৈমকোন্দা
মহাক্কীনি হায়না তমখ্রবী
হে, নাওপুরবী শঙাই
নহাকসু কৈবুলদা
ওন্না-থোয়না খাঙলুরোকো !
সে লৌথোকলবনি
কাব্রং থৌরি লিকোয়সে
য়াওরৌ নঙক্তগী !
ও চংলোকো নহাক্তি
হে লাইবকথিরবী
য়াওবৌও শঙাই শকহেনবী !

**য়ারী মখাঃ** অসুম্না কদেংনা থাদোকখিবা শঙাই অমোমদুগী মচা-মশুনা ঙসি কৈবুল লমজাউদা লৈবি হায়নসু য়ারীনৈ। মতমদুগী পামু-নুংশি শেংনা-খায়নবগী মৈচাক ফংলবী শঙাই অমোমদুনা লমদম তামনা লৈহৌরবী মশাবীবু খৌরাংনা ঙাইখি, মাবুতা লাকপ্রা হায়না তথক'থক্লা য়েংদুনা লৈখি।

*অতেনবা লেদা*

**শঙাইঃ** খোইনৌও খরশা নুংশিবী
নংনা নোংমা হংখিবদাই
ঐগী মীৎয়েং-নায়েংনা

তথক'থকপগী মরম
ঙসিদি তমলগে ইত্তারোই।
*(য়াম্না পেন্দবা)*
তাইবংলক্তা
মোইরাংগী অথৌবনি
শিংথানরিবা মহাক্তো
কদেং কৌবা অথৌবদো
নুঙনি মাগী থমোয়দি।
মহাকননি
মকুম-মথা শুবগী
শ্বর হামফোইনরবী
খোঙকাপ মঙম শান্দ্রবী
ঐখোয়বু পোকপীরম্বী অমগী
পামু-নুংশি শেংনহনখিবা
অব্রা মৈশা লাংহনখিবা।
মশাগীতা য়েংবা ঝাখলনা
পুবীরকখিবনি মহাক্না
লেঙম-শাঙমদ্রবী য়াওরৌদো
শঙাই ঐখোয়গীদি
লাইওইগ্রবী পলেমদো
তোরবুং চীংয়া তময়াদগী
অদুগা
থাদোকপিখিবনি
মঙগী লৈবাক কৈবুলসিদা।
*(মীওইবদা)*
হে তাইবং মীওইব
তাউজীং হৈরু চংবগী
মশা লুপ্লবী মহাক্তুনা
মদোম লেম্লমগদবা পুন্সি
নুপীজা ওইবী মহাক্কী
লুরবা পুন্সি তাঙফমদা
মথঙলেন কায়নরকপগী
ফংলমগদবা অব্রা চৈনা

নশাগী নথমোয়দা
পাওহংজৌ 'মুক্তা।
অসুন্না
কায়না মৈচাক্লা ঙাওববী
লাইওইশ্রবী পলেমদুনা
মশাবী লাকপ্রা য়েংখিবা
তথক'থকপা মীৎয়েংদো
লুদা-তোঙদা পকত্রবা
পাবী-পুবীগী লোনচৎ ওই
মচা-মশু ঐখোয়না
ফংজহৌইদো ইতারোই।
*(কপ্পা)*

***অতেনবা পেনা***

**ব্লারী মখা ঃ** মহৌশাদগী শঙাইনা মনিপুবগী চীঙখোঙ-চীঙয়া, তম্পাক্কী মফম কয়াদা মবাং কায়বমলবসু মহাকপু লমদমসিতদা ফংবা, মালেমসিগী তাঙলবা শজি মখলনি হায়না খঙনরকপা মতমদদি কৈবুল লমজাউ, খোইদুম লমজাউগী মফম খবদা তাশিন্দুনা লৈরমলে। ইং ১৮৩৮ দা পাবসী ইলদনা শঙাই অহানবা উখিবা লোক্তাক খোঙবান্দনি। ইং ১৮৭৩ দা আলবান বীলসন্না লোক্তাক খোঙবানগী অশোঙবা নারক্তা য়াম্না চীঙলেম্না ফজবা শজি মখল'মা লৈ হায়খিবদুসু শঙাইবুনি। অদুগা ঈ পী জীনসু য়াম্না ফজবা মনিপুরগী শজি মখল অমা লোক্তাক পাৎকি খা-নোংচুপথংবা লমদমদা লৈ হায়রব্রী।

***শঙাই শৈথাবা খুনুং ইশৈ***

*যাওবৌলক্তুগী অথোয়বী*
*শঙাই কৌবী নহাকনি*
*চোয়নৌ সনাবু ঙমজবী*
*সনা ফুদোঙবা ফুচুনি*
*লুবেলথক্কী চীরোঙনা*
*নিনি পানবা থাজনি*
*মালেমদা অনি শুদবা*
*লৈরোই লৈরোই লৈরোইদা*
*চাংদমনিঙায় লৈরোইদা।*

*শাদানবগী ময়াম লাংবা*

ময়াম ঃ ফাও, ফাও .......
থৎচিল্লু, থৎচিল্লু ......

শঙাই ঃ *(খুর থবেৎ থবেৎ হোম্না চেনবগী মওং)*
ওয়্ছোকগী লাইবকনি
শঙাই কৌবী ঐগী
য়েলহৌঙেদগী
লমদমসিদা চাওরক্লবী
নখোয়গী ঈয়েকসু ওইরিবী
পিদোল্লবী ঐহাকপু
করিগীনো
হে মীওইবা নখোয়না ·
অদুক তাথি তাওইবীরিবা
ঐবু শাদুগদবগী থিরিবা ?
নখোয়গী মীওৎ মীনৈ কয়ানা
ঐবু তাইবংশিদা
খ্বাইদগী লাইবক থিরবী
য়াওরৌ হায়বদু ওইরেদো ।
*(কপ্পা)*
হাদা ইমা পলেম
কৈবুল লমজাউ পুকফবী
লাইবকথিরবী শঙাইগী
ইচা'শু খরসিতদি
তাইবং কনা খঙহন্দনা
ইমাগী শেগাদা লোৎচবা
ঙমহনবীয়ুকো পলেমও
মালেমসিদা শঙাইগী
কাঙখুল-চার মুৎতনবা ।

মঙাশুবা

# আশাগী মঙলান

*হি হোনবা, ঈশিং উচেক ময়াম খোংবা তাই*

**ৱারী লিবা ঃ** থাইনদগী মীওইবনা লমলক্কী শা-উচেকশিংবু হালেংবা লৈতনা হাংতোকপিরকই। বৃটিশকি লোইলম সাসন্না মনিপুর য়ৌরকপদগী লমদমসিদা শিকারগী খোঙথাং অমুকসু হেনগাংলকখি। মতমদুদা লোক্তাক পাংসি বৃটিশ ওফিসারশিংগী খ্বাইদগী নুংঙাইবা উচেক কাপফম ওইরম্মী। ইং ১৯০০ দগী ১৯৩২ ফংওবদা মফমসিদগী উচেক লাক্ক অমা মখায়রোম হাংখি। মসিনা রেকোর্দ তৌহৌবা মশীংনি, রেকোর্দ তৌহৌদবা মশীংনা মসিদগীসু হেল্লসা য়াই। উচেক্তা নংতনা মনিপুরদা কৈ, শামু, খরশা, শাজল, শঙাই, শজি-অজাংবা, শওম মখলশিংসু মরাং কায়রম্মী। মখোয়সিগী মনুংদা শঙাইবু খ্বাইদগী পামল্লবা শিকারগী শা ওইরখি। মরমসিদগী শঙাইনা অসুম-অসুম মাঙশিল্লক্তুনা ওসিদি মালেমসিদা খ্বাইদগী তাঙবা শজি মখল ওইনা হিংল্লি।

*শাতানবগী ময়াম লংনবা*

**ময়াম ঃ** এ, মানি ! শঙাইনি, শঙাইনি ......... নাম্থোকখিনি ............. থংচিল্লু .......... ফাও, ফাও .......... হাংলু, হাংলু .......... ।

**শঙাই ঃ** *(খ্বর থবেং-থবেং হোনবা, চেনবগী মওং)*

চহী কুমজা কয়াদগী
নখোযগী নরক্তা লৈরক্কবী
কংলৈগী মতিক'গুনতবু শোল্লিবী
শঙাই কৌবী ঐবু
মাইকৈ থংনা লাং থাক
তাউবা হুইবু থৌরিবা
হে তাইবং মীওইবা
নখোয়গী করি ৱাখলনো ?
নখোযগী অশাও মীংয়েংবু
য়াওরৌ ওইবী শঙাইনা
কয়া কুইনা খাঙঙমনি ?

*অতেনবা পেনা*

ম্বারী মখা : ইং ১৯০০ অদুব্রাইদগী মনিপুরদা লমলক্কী শা-উচেকশিংবু নুংশিনা য়েংবীবসু হৌরে। মখোয়বু ঙাক্নপী শেনখীবা মখৌ তারে হায়বসি চূরাচান্দ মহারাজগী পুকনিংদা ফাওখি। মহাকনা ব্রাফমসিমক মনিপুর ষ্টেদ দারবারদা পুথোক্লুনা খন্নরবা তুংদা :

*পুং ম্রং ম্রং খিন্দুনা দরবার ব্রারেপ লাওথোকপা*

নুপী খোনজেল : তাও, তাও মনিপুর প্রজা পুম্নমক। ইনিংথৌ মৈদিংঙু চূরচান্দ মহারাজগী হুকুমনি। সনা য়াথং লৈপাক তাফরোই। ঙসি, জুলাইগী তারিক মঙা, লিশিং অমা চামাগল তরাতরুক্তা, ইনিংথৌগী দরবারদা ব্রারেপনখিবগী মতুংইন্না, লমদমসিগী করিগুম্বা মফম অমতদা শঙাই ফাবা, হাংপা য়াররোই। কনাগুম্বনা ইনিংথৌগী সনায়াথংবু থৌওইদবা য়াওরবদি অকনবা চৈরাক ফংগনি। অব্রাফমদা তাগনি। তাও, তাও ......

*লাও-লাওনা চংখি*

শঙাই : *(হুরাওবগী মওং)*
করি হায়বা !
ঐনা তারিসিবু চুমলিব্রা !
ঐবু অব্রাবদগী কনবিরনি
শঙাই কৌবী ঐবু
অমুক শাদুবা য়াররোই
ইনিংথৌনা তাকপিরবা !

ম্বারী মখা : ইং ১৯১৬ তা মনিপুরদা শিকারগী নিয়ম তাকপা ব্রাফ গেম রুলস অমা দরবারদা পুথোকখি। রুলসসিগী মতুংইন্না দরবরারগী অয়াবা য়াওদনা শঙাই অদুগা অতৈ মশীং হুম্বরক্লবা শা-উচেক খরসু ফাবা, হাংপা থিংলে। দরবারগী অয়াবা য়াওরবসু মী অমনা চহী অমদা শঙাই অনিদগী হেন্না হাংপা য়াদ্রে। শঙাই হাংপগী নিয়মদা, মনিপুর মচা ওইরগা লুপা তন্না, মপান্দগী লাকপা মী ওইরগনা লুপা কুনমঙা লৌরম্মী। শঙাই অমোম অদুগা মপুঙ ফাদ্রিবা লাবা মচাদি করিগুম্বা মরম অমগী ফাবা, হাংপা শুংয়া য়াদ্রে। ইং ১৯৩১ দা কেপটিন আইচ এল দবলিয়ু

হারভীনা য়াক রুলসসি অমুক শেমদোক-শেমজিন তৌরগা আইন ওইনা চৎনহল্লখি। আইনসিবু নিংথৌগী ফমনাইবা য়াওনা মীপুম খুদিংমক্তা য়ায়া ইকায় খুমনখি। চহী অসিমক্তদা মহারাজকুমার বোধচন্দ্রনা শণ্ডাই লাবা অমা ফানবগীদমক দরবারগী অয়াবা লৌরুবদা দরবারনা মণ্ডোন্দা শণ্ডাই নৎতবা শক্তি লাবা অনি ফাবা য়াগনি খণ্ডহনলকখি।

## অতেনবা পেনা

স্থায়ী মখা ঃ গেম রুলসসিদা শণ্ডাই নতবা অতৈ শা-উচেকশিংগীসু অককনবা শিকারগী নিয়ম য়াওরি। চীণ্ডগী তুরেলশিংদা বোমকাপ্পা, য়াইথারগা ঙা ফাবা য়ারমদে। অদুবু চীণ্ডমীশিংগীদমক্তদি নিয়মসি খর কোমথোকই। মখোয়না মনিপুর তম্পাক্তা তারক্তবা তুরেল খরদা য়াইথারগা ঙা ফাবা য়াহল্লম্মী।

## *বেকগ্রাউন্দা, কৈবুল লমজাওগী শা-উচেকশিং শৈথাবা ইশৈ*

*য়াওরৌলক্তগী অথোয়বী*
*শণ্ডাই কৌবী নহাকনি*
*মপাণ্ড ঙাইনা লমজেল্লি*
*শণ্ডাই কোলোয় মীংগৌনৈ।*

*লৈরি কৈবুল ইমাগী তম্পাক্তা*
*য়াওরৌ নংগী চায়বীশিং*
*পোম্বী-চেক্লা অথোয়বী*
*ঙানু-উরোক-চেকলাওবী*
*কুমগী নোংবু পামজবী*
*নোংগৌবী মাসু ময়াওরি*
*ইঙা নোংবু ঙাইজবী*
*উথুম 'চেকনা মখোংলি।*

*লেমলৈ ঙারম কয়ানি*
*ঙাতোন-খাবক*
*পেণ্ডবা-থারাক*
*কংলৈপুণ্ডগী খুদোলনি*
*মালেমদা অনি শুদবা*
*লৈরোই লৈরোই লৈরোইদা*
*চাংদমনিঙায় লৈরোইদা।*

**ব্রারী মখা ঃ** লোক্তাক অদুগা অতৈ পাৎতা চাক্তারিবা উচেক কাপ্পগী নিয়মসু অক্ককননা শেমলম্মী। ঙানু পেদেক, ঙানু খাবা, ঙানু থংগোং, ঙানু কাঁঙ্গা, ঙানু থোইদিংনম, উয়েন্নী, তিঙগী কাপ্পগী নিয়ম লৈবম্মী। উরোকসু থঙকাপ কাপ্পা য়ায়মদে অদুগা, মখোয়গী মতুংবু ললোনপোৎ ওইনা শিজিন্নবসু থিংলম্মী। উচেক কাপ্পগী অথিংবা পল্লদুনা ইং ১৯২৬ কি নিংথৌগী যাথং অমনা ঃ

*পুং দ্রং দ্রং য়ৈদুনা লাওথোকপা*

নুপা খোনজেল ঃ শ্রীল শ্রীপঞ্চযুক্ত মনিপুরবেশ্বর মহারাজ সি বি ই অমসুং দববারগী য়াথং মতুংইন্না প্রজ পুম্নমক্তা খঙহল্লি। ঙসি, তাবিক অহুম, ইং লিশিং অমা চামাপল কুনতকন্নী দববাব বিজোলুসন নম্বব তবামাথোইশুবদা ব্রাবেপনখিবগী মতুংইন্না কনাগুম্বা মী অমতনা লমলক্কী ঙানু কাঙা অমতা লাং-থাক্লুনা ফাবা য়াবরোই। হুকুমসিবু থৌওইদদুনা লাং-থাকলম্বা থেংনরবদি অকনবা চৈবাক ফংগনী। অমুকসু হন্না লাওথোক্লি ..............

*পুং দ্রং দ্রং য়ৈরপা চৎখিবা*

**ব্রারী মখা ঃ** মনিপুবদা গেম কলস চৎনদ্রিঁঙৈদগী হৌনা শঙাইবুদি ফাবা, হাৎপদা অথিংবা লৈবমলে হায়নৈ। ইং ১৮৯১ গী লান থোক্লিঙৈদগী কোনুংগী য়াথংনা শঙাই হাৎপা থিংলম্মী। কনানগুম্বা অমনা শঙাই হাৎলি হায়বগী মতিক-চাবা প্রমান ফংলবদি মহাকপু মখুৎফাও ককথৎতুনা অকনবা চৈবাক পি হায়না আলবান ব্রীলসন্না ইরম্মী।

*অতেনবা পেনা*

**ব্রারী মখা ঃ** নিংথৌ খবগী হাক্তক্তা শা-উচেকশিংবু নুংশিবা মীৎয়েংনা য়েংবীবক্ল বসু মখোয়বু তাথি-তাওইনা তৌথীবা, লোন্না হাৎপা, লৈফম-চাফম মাঙহনবগী থবকসু লেপতনা চৎথরকই। মরম কয়াসিদগী লমলক্কী জীবশিংনা মশীং অসুম-অসুম হুহুরক্লুনা মখোয় খরদি খোঙগুলফাও মুৎপা য়াবগী থাক য়ৌরক্লে। মসিগী মনুংদা কৈবুলদা লৈরিবা ঐখোয়গী শঙাইসু য়াওরি। থাঙগৈশেংবসু ইং ১৯৫১ দা মনিপুরদগী শঙাই খোঙগুল মুৎব্রে হানা লাওথোকলুরে।

*অতেনবা পেনা*

**শঙাই ঃ** *(খ্বর শাংনা হোল্লি)*

শঙাই কৌবী ঐবু

খোঙগুলফাওবা মূৎখরে
অমুক হন্না উররোই
পাওথোকপিরিবা
নুংশিববা কংলৈচাশিং
নখোয়গী মীৎয়েং শোয়বনি।
লাইবক থিরবী শঙাইনা
ইচা'শু খরগা
লোক্তাক মাগী মশাইকোন্দা
তাইবং কনা খঙহনদ
তবক'রক হিংলিদো।
অদুবু
ঐখোয় লৈরি হায়বগী
শকউৎলুনবা
লৈতরে পাঙ্গল থৌনাদি।
*(হায়জবা)*
হে তেংবানবগী মপুও
লেঙলি-পাল্লিবা'পুম্নবু
ঙাকপি শেনবীরিবা লাইনিংথৌ
লাইবক থিরবী ঐনা

কৈবুল ইমাগী তম্পাকথক
অশেংবা নারক উরুমদা
শঙাই ঐখোয়না লৈজবা
তাইবং কনা খঙহন্দবা
থৌজানবীয়ুকো মপুনা।

**ব্রারী মথা ঃ** নিংখা তমলবা ভারতনা লমলক্কী শা-উচেক, উমং-ব্রামংশিংবু নুংশিবীবা, য়োকখৎপিবা, ঙাকপী-শেনবীবা হায়বনচিংবা সংবিধ্যানগী অয়াবশিংদু থবক্তা ওত্থোকপা হৌরকখি। লৈবাক্কী মফম কয়াদা ব্রাইললাইফ সেঙ্কচুয়াবী লিঙখৎনখি। মসিগী মনুংদা শমুগন্দাগীদমক অসামগী কাজীরঙ্গা, নোংশাগীদমক গুজরাতকী গীর উমং, কৈজাওগীদমক সুন্দরবন্দ, শঙাইগীদমক মনিপুরগী কৈবুল লমজাউসু য়াওরি। অদুগা, শাথিনা ফিভম শোকচিল্লবা, য়াম্না থুনা খোঙগুল

মুৎথিবা য়াবগী মিপায়নরবা শা-উচেকশিংবু য়োকখৎনবগীদমক ভারত সরকারনা ইন্টরনেসনেল ওরগনিজেসনশিংগা খুৎশময়নরগা স্পেসিয়েল প্রোজেক তয়েংখক পায়খৎখি। মসিগী মনুংদা ঐখোয়গী শঙাই, মহাক্কী লৈকম কৈবুল লমজাউ য়োকখৎপসু য়াওই।

*অতেনবা পেনা*

শঙাই ঃ

শঙাই কৌবী ঐহাক্না
ঈথক্না ঈপোম্মনরবা
তাঙথক নাইবা ফুমদিথক্কী
অশোঙবা নারক-শিংলক্তা
তুমিৎ-কাংগা য়াওন্নরিদো!
মসিবু ইতারোই
য়াওরৌ ওইবী ঐহাক্না
অৱাবনি খল্লুদে
অহোইনদুম চাওথোকচৈ।
ঈথক্লুম ঈপোম কারিবা
ফুমগী পুংলোন তান্নথাদা
তাইবংবু শুমহৎপা
জগোয় খুৎথেক উৎপদি
শঙাই ঐতগী ইতিকনি
মপু মাগী শিন্থানি।
লাইগী লৈবাকনি কংলৈপুঙ
মালেম শিন্না কাওন্নিবা
কংলৈ জগোয়গী শাৎফমনি
শগোল কাংজৈগী হৌফমনি
ঐগী মীৎয়েং
ঐগী খোঙথাং
ঐগী শাখেক
পুন্নমক
মপু মানা তাকপিরকপা
জগোয় খুথেক ঙাক্তনি।

বারী মখা ঃ  চাবোকফবী শাশিংগী মনুংদা ঐখোয়গী শঙাইসু অমনি। শায়োকশংদা মচলশুবা চিনজাক ফজনা পিরবা অদুগা অতৈ চেকশিন থৌরাংগী নিয়ম কায়হল্লবদি লমলক্তা লৈবা অমগুম্না শঙাইসু মচা পোকই। ফিভমসি খর কুপনা য়েংশিল্লিবা দিল্লি, কলকতা, মাইসূরগী শায়োকশংশিংদা শঙাই মচা ফজনা পোক্তুনা মশীং হেনগৎনি। শঙাই য়োকখৎনবগীদমক্তা আসামগী পাবীতোরাদা মফম অমা শেম-শারে। মসিদা শঙাই থমগনি, কেপতিব-ব্রিদিং তৌরগা মশীং হেনগৎহনগনি অদুগা লমলকতা অমুক থাদোক্কনি হায়বনি। মনিপুরগী শঙাইগুম অসামগী শামুগন্দাসু চেকশিন্না য়োকলি অদুবু শাশিগী মশীং হেনগৎপদি ইঙম ঙমদ্রি। ফিভমশিদা মনিপুর শঙাইবু আসামগী মফম অমদা থমলুবা, য়োকখৎলুবদা কয়াম্না মায়পাক্কদগে হায়নসু হংনরি।

*অতেনবা পেনা*

**শঙাই ঃ**

তারেদনা খোয়নৌ নহাকসু
শঙাই কৌবী ঐহাক্কী
পরি-ইমোম খরবু
শুক্লবা আসামগী উমংদা
লোন্না-চিক্না থমগনি
থৌরাং পাদম লাক্কিবা
খুশিলসে তাইবং মখোয়গী !
অদুবুনে ঐখোয়দি
চহী কুমজা কয়াদগী
পুকফবী কৈবুল ইমানা
অকি-তুজং পোকহন্দনা
নাওয়োক'কোনবীরকপনা
অশুকপা চীংনুংগী হৈনবী
হৌনা লোনচৎ পুন্নমক
ঙমনা কাওক্লে ইতারোই।
অদুগা খোয়নৌ
কংলৈগী রাংমদা লৈব্রবী
অরাংবা চেকপল মনুংদা
কুমজা কয়া চুপনা
তাইবংগী নুংশি মীৎয়েংদা

অকি'খঙ পোক্ত্রবী
য়াওরৌ ওইবী মখোয়সু
উমংগী পুন্সি চৎনরোল
কাওরমলগনি।
অদুগুম্না লমদমদা
অশুকপা উমং-ব্রামংদা
য়াওরৌ ওইবী কয়াবু
শারাক শাকা তমগদবগী
লোৎনা-লুমনা লৈরিবা
শাহিং চাবা মখোয়গী
লৌনম লাংদা থুদুনা
লাইবকথিবী ওইগনি।
*(হায়জবা)*
হে তাইবং মীওইবা
লাইবক থিবদগী থিরবী
শঙাই ঐনা হায়জরি
অদুগুম্না আসামগী চীঙনুংদো
তমথিরবা শা-কৈ লৈরমগনি
পাঙ্গল শোনবীনা কিঁজেয়ে
ইদোম লৈবা ঙমজরোই
ইদোম লৈবা কিঁজেয়ে।

ব্রারী মখা : মনিপুরগী ইরোইশেম্বদা শঙাই য়োকখৎনবা সেকেন্দ হোম অমগী থৌরাং লৈরে। থৌরাংশিবু খন্ন কুপনা য়েংশিন্দুনা, অনৌবা বিগ্যানগী পাম্বৈ কয়াগা লোইননা শঙাই য়োকখৎলবদি কান্নগনি। ইরোইশেম্বা শায়োকশংদা থমখিবা শঙাই জুরা অনিখক্তানা চহী তরামুক্কী মনুংদা মশীং তরামথোয় শুবা ঙমখি। মখোয় লোয়নমক ইং ১৯৮৯ গী ঈশিং ঈচাওদা মাঙখিবা হায়বসি মনিপুরগীতা নতনা পৃথিবী অপুম্বগী লাইবক থিরবনি। অসিগুম্বা তম্বা ঙমদবা প্রকৃতিগী থৌদোক কয়া থোকপ্লে। মতুংদসু থোরকপা য়াই। অদুনা, শঙাই ঙাক-শেন্নবগী চেকশিন-থৌরাং পুন্নমক মীকুপ-নাহম শিংহৌবা তাই। নতদুনা, তম্বা ঙমদবা মহৌশগী থৌদোক-ব্রাথোক্তা পুরা থাজবা থমখিদুনা শঙাই য়োকখৎনবগী থৌরাং অমুক থিন্নহনবদি তৌরোইদবনি, মরমদি, শঙাই, পৃথিবীদা খাইদগী তাঙলবা অদুগা মশক-মতৌ ফজবা শক্তি মখলনি। অসিগুম্বা শক্তি মখল

অমা ঐখোয়গী ওইবা ফংজরম্বা অসিমক জাতিশিগী চাওথোকচনিঙাইনি। মসিবু য়োকখৎনবগী থৌরাং পায়খৎপা হৌরকপদা ঙায়বা হায়বসিমক থেঙ্‌মল্লবনি। অতমল্লা শঙাই য়োকখৎনবগীদমক অকনবা থৌরাং য়াম্না থুনা মথৌ তারবনি।

*বেকগ্রাউন্দা শঙাই শৈথাবা খুনুং ইশৈ শকই*

*চোয়নী সনাবু ঙমজবী*
*সনা ফুদোঙবা কুচুনি*
*লুরেলথক্কী চীরোঙনা*
*নিনি পানবা থাজনি*
*কংলৈপুঙগী খুদোলনি*
*মালেমদা অনি শুদবা।*

*য়াওরৌলক্কুগী অথোয়বী*
*শঙাই কৌবী নহাক্না*
*তাঙথক নাইবা ফুমদিথক*
*য়াওরৌ খোঙকাপ তানবদি*
*শাথেক হৈবী নুজাগী*
*জগোয় খুথেক ঙমজৈদা*
*কংলৈপুঙগী খুদোলনি*
*মালেমদা অনি শুদবা।*

**হারী মথা ঃ** ইং ১৯৮৯ দগী শঙাইবু মনিপুর মশক তাকপা শানি হায়না শকখঙলে। মসিনা শাসিগী মরুওইবদু মীয়ামদা খঙহল্লি। শঙাই কনগদবনি হায়বা খোল্লাওসি মনিপুর মনুংদতা লাওনরম্বা নৎতনা হৌজিক্তি পৃথিবীগী মফম কয়াদগীসু অরেপ্পা লৈতনা, হৌনা-হৌনা লাওনরক্লি। লৈবাক কয়াদগী অঙম্বা পাঙ্গল, শেনগী মতেং পিনরক্লি। স্পেশিজ ওফ দি ইয়ার, ওয়ার শঙাই হায়বনচিংবা মীংথোল কয়া পিদুনা ঐখোয়গী শঙাইবু মপালগী লৈবাকশিংনা ইকায়-খুমনরক্লি। সেব শঙাই, শঙাই নিদ হোম হায়বনচিংবা ইরৈবাক, ইরমদমসিগী তৎতনা লাওরিবা খোল্লাও কয়াগী মরক্তা অরাপ্পা সমুদ্র ঈরাংমদগী পৃথিবীদা মমীং লৈরবা বৃটিশকী এয়াররেজ অমনা ফাওবা খোনজেল হৌনা লাওরক্লি কনজারবেসন ওফ ইয়োর শঙাই ইজ নাও ওয়ার বীজনেস ওলশো – নখোয়গী শঙাই কনবদু ঐখোয়গীসু ইথৌনি। অসুম্না মাইকৈ কয়াদগী লাওনরক্লিবা খোল্লাওসিনা জাতিগী লন শঙাই কনবদা অচৌবা মতেঙ ওইরগনি হায়বা অনৌবা আশাগী মণ্ডলান্দা ঐখোয়গী পিদোল্লবী শঙাইনাসু হায়জরি ঃ

*অতেনবা পেনা*

শঙাই ঃ *(হায়জবা)*

লমদমসিগী
নুংশিজরবা ইবুং'পাউব্রাশিং
নখোয়গী থৌজাল মিংয়েংদা
শঙাই ঐনা হিংলিবনি।
কৈবুলদগী ঐনা মাঙখ্রবা
মালেমসিদগী
ঐখোয়গী খোংগুল মুৎলবনি।
পোইরে কংলে লমদমসিদা
শঙাই ঐখোয় উরক্রবদা
ফাওনরক্কনি
নিঙমদা মৈচাক নখোয়না।
ঐখোয়গী ইরক্তা লৈজরম্বী
লৈশেমলোনগী লৈচল
চনু নিঙোল'মা ইরমদমসিগী
মাঙখরে তেঙথারক্কনি।
মীওইবা নখোয়না
সনা লুপানা থাম্লবা
ফজবা ফুরা দলানদা
খুৎশেমগী নুংঙাইবদি ফংগনি
অদুবু
ঈথক্কা ঈপোম হৌরিবা
তাঙথক নাইনা তাম্থারিবা
কৈবুলগী ফুমথক্তা শারম্বী
শঙাই ঐগী জগোয়দি
লৈবা ফংলয়োই পৈশানা
উবা ফংলয়োই নখোয়না।
*(কপ্পা)*

তরুকশুবা

# পূকমেন পাওমেন

### কৈবুল লমজাউ শৈথাবা খুনুং ইশৈ

থাংব্রেন য়াঙবীনা য়াঙলেন ওই
খোবদাক্লা ঈচেল ওইরিবী
পাবোৎ-তোয়ানা কয়াং ওই
তৌ-কম্বোংনা তুবুম ওইরিবী
কৈবুল লমজাউ মীংগৌবী
ফজে ফজে কৈবুল লমজাউ।

ফাওরি নহাক্তি মালেমশিন্না
তাঙথক নাইবী ফুমদিনা লৈতেংবীনি
মালেমদা তোমথিন ঙাল্লিবী
য়াওরৌ শঙাইগী য়াকাবুং
কৈবুল লমজাউ মীংগৌবী
ফজে ফজে কৈবুল লমজাউ।

**হি হোনবা, ঈশিংগী উচেক ময়াম খোংবা তারকই**

**ম্বারী লিবা ঃ** ইং ১৯৪১ দা মনিপুরদা শঙাই লৈত্রে হায়না লাওথোরকপা পৃথিবী শিনথুংনা তানরকখি। মীয়ামগী থমোয়দা নিঙমদনা লাঙতকনখি। শঙাইগী খোঙগুল তশেংনা মুৎত্রবরা হায়বসিগী অচুম্বা ম্বারোল খঙদোকনবগীদমক ইন্টরনেসনেল ইয়ুনিয়ন ফোব কনজারবেসন ওফ নেচরগী লমজীং পাওতাক্না লোইননা ঈ পী জীনা লুচিংদুনা আর দবলিয়ু বার্টন অদুগা আসামগী কনজারবেতর ওফ ফোরেষ্ট ওইরিবা পী দি ষ্টারচীগা লোইননা মনিপুরদা শঙাই থিরকখি। মখোয়না কৈবুল লমজাউদা শঙাই চাময়োম লৈরম্বা থেংনখি। মসিদগী কৈবুল লমজাউবু শঙাইগী লৈফম ওইনা শেমগৎপা হৌখি। ইং ১৯৫৩ দা লোক্তাক্কী মকম খুদিংমক্তা শা-উচেক ফাবা, হাংপা সরকারনা থিংখি। অদুবু, ইং ১৯৫৪ দগীদি কৈবুল লমজাউগী শরুক্তমক খাকহৌরগা লোক্তাক্কী অতৈ মকমশিংদা

উচেৎ কাপ্পা অমুক য়াহনখি। চহী অসিমক্তদা মনিপুর বোর্দ ফোর ৱাইললাইফ শেমদুনা কৈবুলগী লম বর্গ কিলোমীতর য়াঙখৈমুকপু শঙাইগীদমক ঙাকশেন্দুনা থমলবা ৱাইললাইফ সেঙ্কচুয়ারী ওইনা লাওথোকখি। মতুংদা ইং ১৯৭৩ দা ইন্দিয়ান ৱাইললাইফ প্রোটেকসন এক, ১৯৭২ মনিপুরদসু চংনখি অদুগা ইং ১৯৭৭ তা কৈবুল লমজাউগী লম বর্গ কিলোমীতর নিফুমুকপু নেসনেল পার্ক ওইনা লাওথোকখি।

### *পুং ৱং ৱং থিন্দুনা লাওথোকপা*

নুপা খোনজেল ঃ মনিপুর সরকারগী লাওথোপচবা অমা। ঙসি, এপ্রিলগী তারিক মঙা, লিশিং অমা চামাপল হুমফুতরাতরেৎতগী কৈবুল লমজাউবু শঙাইগী লৈফম ওইরবনি হায়না খঙহল্লি। লমদমসিগী মনুংদা কনামতনা ঙাফাবা, শীংচনবা, শজিক ফানবা, মনা-মশিং হেকপা অমতা য়াররোই। হকুমশিবু থৌওই উশিংতবা য়াওরবদি অকনবা ৱায়েল চৈরাক ফংগনি। অমুকসু হন্না খঙহল্লি। ঙসি, এপ্রিলগী তারিক মঙা .................... ।

### *পুং থিন্না লাও লাওনা চংখিবা*

ৱারী মথা ঃ সরকারগী অকনবা আইন্না কৈবুলদা মীচংবা থিংলবসু লমদমসিগী পোংথোক্তা হিংলিবা মীওই কয়াগী য়ানিংদবগী খোল্লাও, থবক থৌরম কয়ানা শঙাই ঙাক শেনবগী থৌরাংদা অয়েংপা, অকায়বা থোকহনখি।

### *অন্দলোন হৌরকপগী মওং*

নুপা খোনজেল ঃ কৈবুল লমজাউ
মীয়াম্মা খুন্মী ঃ ঐখোয়গীনি, ঐখোয়গীনি।
নুপা খোনজেল ঃ কৈবুলগী পোংথোক
মীয়াম্মা খুন্মী ঃ ঐখোয়গীনি, ঐখোয়গীনি।
নুপা খোনজেল ঃ কৈবুলদগী শঙাই
মীয়াম্মা খুন্মী ঃ লৌথোক্কদবনি, লৌথোক্কদবনি।
নুপা খোনজেল ঃ ঐখোয় শিরগা শঙাই হিংবা
মীয়াম্মা খুন্মী ঃ শুংয়া য়ারোই, শুংয়া য়ারোই।

*মীয়াম পুমলাং লাংই*

**নুপা খোনজেল ঃ** মীয়াম পুম্নমক অমুক্তা তাবীয়ু। সরকারনা ঐখোয়দগী শঙাইবুনা হেয়া লুনা লৌথ্রে। পরম-পরাদগী ঐখোয় মীওই লিশিং লিশিংগী শুকম-নোমকম, চাকখাও ওইরক্লিবা কৈবুল লমজাউবু শঙাই খবগীদমক ঐখোয়গী খুৎতগী মুনবীথ্রে। শঙাই লৈরীমখৈ, কৈবুল লমজাউ ঐখোয়গী ওইবা ফংলরোই। অদুনা, মফমসিদা মহৌশাগুম ঐখোয়গী থবক শুকম-নোমকম ওইনা লৈহৌনবা থৌরাংসে।

**মীয়াম্না খুম্মী ঃ** থৌরাংসে, থৌবাংসে *(ইরাং লাংই)*।

**নুপা খোনজেল ঃ** ঐখোয়গী পুকৈ-লনগৈ ওইরিবা কৈবুল লমজাউ মাঙহনগনুসি। কৈবুল লমজাউ কনসে।

**মীয়াম্না খুম্মী ঃ** কনসে, কনসে।

**নুপা খোনজেল ঃ** শঙাই য়েংলগা ঐখোয়গী পুক থনবা ঙমলোই।

**মীয়াম্না খুম্মী ঃ** ঙমলোই, ঙমলোই, সুঙম ঙমলোই *(ইরাং লাংই)*।

**ৱারী মখা ঃ** অশেংবনি ইং ১৯৭৯ দা খুনজা মীওই কয়ানা কৈবুল লমজাউবু মখোয়গী শুকম-নোমকম ওইনা থম্বীনবা ইরাং হৌরকখি। নুপা-নুপী কয়ানা অরৈবা খুৎশু-খুৎলাই পায়রগা কৈবুলগী মফম কয়া মাঙহন তাকহনখি। ফুমদি মৈথাদুনা শঙাইগী লৈফম পাক-শন্না শোকহনখি। মসিগী মতুংদগীদি ইফোঙ কোঙনা শঙাই নত্ত্রগা মসিগী লৈফম মাঙহন-তাকহনবগী থৌরাংদি মখা অমুক তারকখিদ্রে। মতমদুদগী লেপতনা শঙাইবু তাথি-তাওইনা তৌবীরক্রবদি ঙসি ঐখোয়গী লেমজনিঙায় ওইরবা শজি মখলসি কৈবুলদগী মাঙখিরমলগনি অদুগা পৃথিবী অপুম্বনা শকখঙনরিবা কৈবুলগী মীংচৎসিসু লৈরমলরোই।

*অচৌনবা পেনা*

**শঙাই ঃ**

খোইনৌও থরশা নুংশিবী
থম্নাথক্কী লাইজগুম
তনিক'নিক খাঙলিবা
ঈপাকথক্কী কোজোলগুম
মীকুপতা তাক্লগদবা
শঙাই ঐগী ৱারীসিনা

নহাকপুসু বাহক্কে।
*(শ্বর চাওনা হোল্লি)*
নুমিৎতুদা
মীৎতা ঈখেঙ কানা
খুৎশু থাঙলেন পায়খিবা
লমদমসিগী ইবুং'পাউরাশিং
শ্বাংচেৎ মচী লাঙখিবা
ইচেম'নেম ওইবীশিংগী
অশাও খাপ্পী মৈরীবক্তা
লাইবক থিরবী শঙাইনা
কয়া রানা খাঙজখি।
পাবোৎচীঙগী তময়াদগী
তোয়া মাগী নাপোমদগী
থাঙরেন মাগী তম্পাক্তগী
ঐবু চাকথেল্লগে মতাগুম
মৈরী মৈখু কারকখি।
*(কপলি কপলি)*
অকি-তুজুৎলবা শক্তমদুগী
অরা মৈরীরক্তা
ঐনা
থাবুম মপুঙ হাপ্তিবা
পারী নৱাবু থাদা কোন
হকচাং পুম্বা চেংখৈনা
থরাইনা মপাল খোকখিগদবগুম
খোঙনেৎকম ফুমদিনা নিকপনে
ইশাবী ওইবা মহাক্কা
অশোঙবা নাকুক অমদা
কনা উরোই লোৎলুইদো।
অদুবু
লমজাউ নুংশিৎ মহাক্কা
মৈরী পুনা চেল্লকখি
হরাওনা

ঐখোয়গী লোৎকম থিরকখি।
*(স্বর চাওনা হোনবা)*
লাকওম ফাওমদ্রবা মৈরীসিবু
মায়য়োকনরুবা ইতিক্লা ঐখোয়না ?
ইশাবী মাগা ঐগদি
মৈরম লান্না চেল্লকখি।
অদুগা
পরী নব্বা অপিখক
থাবুম অমতগী থবাই
মহাক্তি
মৈবী লানবা ওমলক্তে
মৈশা লাংনা লৈহৌই
লৈহৌইনে ইতারোই
লৈহৌই।
(হিক হিক কপ্পী)

*হি হোনবগী খোনজেল*

**ন্বারী মখা ঃ** কৈবুল লমজাউ, মরাক্তগী ময়ুংনা খরতমক হেন্না শাংই। মসিগী ময়াইদা খোরদাক তুরেলনা থেকনা খোয়না চেন্দুনা লোক্তাক্কী ঈশিংবু মনিপুর তুরেল তমনা চিংথরী। তুরেল অসিনা পাক্কী লমবু নোংপোক-নোংচুপ শরুক অনিথোক্লা খায়দোকই। নোংপোকথংবা শরুক্তি মরুওইনা লফুপাং, তেরা, শোয়গুপাংকি মফমনি। মতম অমদা শঙাইনা লমদমসি য়ৌনা চংথোক-চংশিন তৌরম্মী অদুবু, হৌজিক্তি অয়াম্বা মতমদা চহী চুপ্পা ঈশিং লৈবা পাং ওইরে। শঙাইনা খোরদাক তুরেল লাল্লগা মফমসি য়ৌবা ওমদ্রে। অদুনা, শঙাইনা হৌজিক লৈরিবসি খোরদাক্কী নোংচুপথংবদা পাক্কী শরুক অহুমথোকপগী অনিরোমতমক চাওবা মফমদনি। মফমসিদা লৈতাবা নত্রগা অথাবা ফুমদি মরাং কাই, অদুগা চীঙদুম অনি অহুমসু লৈদুনা শঙাইনা লৈবদা খুদোং চাহল্লি।

*ঈশিং উচেক ময়াম খোংবা*

**ন্বারী মখা ঃ** কৈবুল লমজাউগী তোপ-তোপ্পা মতিক মগুন, মসিনা মালেমসিগী অতে নেসনেল পার্কশিংদগী তোঙাল্লিবা শক্তমদি মসিগী অতাউবা ফুমদিনা যুমকম ওইরিবা শঙাইগী লৈফম অসিনি। ঈশিং মথক্তা তাওদুনা

লৈরবসু অয়াম্বা মফমগী ফুমদিনা মিতর অমা হেন্না থায়। ফুমদিনা সেন্তিমিতর মরিফুরোম থারবদি মথক্তা কিলোগ্রাম চামরোম লুম্বা শঙাইনা মখোঙ পুৎথদনা চৎপা য়ারে।

*অতেনবা পেনা*

শঙাই : য়েলহোঙৈদা ঐনা
চেন-চোংনা শান্নখিবা
লফুপাৎ-তোরা
খোইদুম লমজাউ
পুম্নমক তাইবং খুৎতা
তাহৌরবনি ইতারোই।
অদুগা ঙসিদি
লাইবক থিরবী শঙাইনা
ইচা'শু খরগা
অরোইবা চংজফম লৌরিবা
ইমাগী তম্পাসিবুসু
অমুক মুনগে তেমশিংলিবা
তাইবং মখোয়সে কয়াদা
মীনুংশি খঙখিদ্রিবনো ?

বারী মখা : চহী চা কয়া চংনা শেমখিবা কৈবুল লমজাউগী ফুমদিনি। লোক্তাক পাৎ তম্না চেম্বরক্লিবা লমদমসিগী তুরেল অয়াম্বা অনকপা চীংদগী হৌরকপা ঙাক্তনি, অদুনা, নোংজুথাদা তুরেলগী ঈচেল য়াম্না কল্লি। চীংদা পামলৌ উবগী, উমং-ব্রামং কোকথোকপগী নত্রগা লম্মে চাকপগী মৈচাকখাক, নপী হৌদ্রবা চীংমায়দগী ঈশিংনা পুথরকপা লৈপাক লৈহাও, লৈঙাং পুম্নমক লোক্তাক পাৎ য়ৌরকই।

*অকনবা নুংশিৎ শিৎলি*

বারী মখা : তুরেলগী ঈশিংনা পুথরকপা চৈতেক-চৈরাংশিংবু নুংশিৎনা হমদুনা পাৎকি মফম মফমদা পৈশিল্লি। মতমগী মতুংইন্না মদুগী মথক্তা নপী হৌজিল্লি অদুগা মরু-মরা শংনা শাংনা তাশিন্দুনা চেৎনা ফাজিল্লি। ঈশিংগী পাম্বী, শা-ঙাশিংগী অপুম-অশা য়াওশিল্লক্নুনা হেন্না লৈহাও চেনবা মফম ওইরকই। মসিদগী নাপী হৌবগী চাং অমুকসু হেনগৎহল্লি। অসুম্না চহী কয়া চংনা শেমখিবা কৈবুল লমজাউগী ফুমদিনি।

*অতেনবা পেনা*

**ন্নাহী মখা ঃ** খোরদাঙ্কী নোংচুপথংবা শরুক্তা পাবোং, তোয়া অমসুং চীঙজাও কৌবা চীঙদুমশিং লৈ। মখোয়গী মথক্তা অচৌবা উ পাম্বী হৌই অদুগা অতৈ মফমদনা অরাংবা অমসুং অনেম্বা নাপীতমক হৌই। শঙাইনা অকনবা নোংজু-নুংশা, ঈশিং ঈচাওদা চীংথক্তা চেনখংলি, চংজফম লোই। পাঙ্কী ময়াই ওইরপনা থাঙব্রেন-য়াঙবী কৌবা লৈতাবা লম মচেংমা লৈ। মসিগী অকোয়বদা লৈরিবা ময়াইদাক, হাওরৌ ফুমলঙ্কী লম অয়াম্বা অথাবা ফুমনি, মথক্তা অরাংবা নাপীসু মরাং কায়না হৌই।

*বেকগ্রাউন্দা পেনা খোংই। শঙাই মমানা মচাদা*
*কৈবুলগী লমিং-ভুমিং তাকই*

**শঙাই ঃ**

পারী ইবুংঙো নুংশিবা
নোংমা কোরৌ অমদা
হংখিবদাই নহাক্পা
শঙাই নমা ঐঙোন্দা
লমীং-ভুমিং কৈবুলগী।
মতমদুদা
পারীও নহাক্তি
অঙাং নবা ওইবনা
য়াখল পুক্লিং লৈতাদ্রি।
অদুবু ঙসিদি
ইমাগী ইবুংঙো নহাকসে
শমা পাজল চাওরেদো
লুরেলথঙ্কী চীরোঙসু
মপুঙ ফানা লৈতেঙলে।
নশনৌ তালোয় হাকনবদা
শামান-লেংমান্নবা মখোয়গা
শয়েঙ থেকনবা
পাম্বোম ঙানবা
ওমলনি খল্লেদো ইমানা।
কৈবুল ইমাগী অয়োনবা

*শকলোন'ক্তম কয়াবু*
*পারীও নুংশিরবা*
*তাকলগে নঙোন্দা*
*পুক্লিং চংনা তারোকো।*

*অতেনবা পেনা*

লমদমসিগী নোংপোক্তা
থেক্লা-খোয়রিবা ঈচেলসে
লোক্তাক লাইজবু ঈখায়নরিবা
য়াঙগংলবী তোরৈসে
খোরদাক তুরেল কৌবনি।
করিগুম্বা মীৎকুপতা
পারী ওইবা নহাক্লা
তুরেলদুগী ঈয়মবু
লাল্লুগনু চেকশিল্লু।
ঈরমদুগী বাংমদা
লুথুম-লাংথাকলিবা মখোয়দো
মরৌ চাওবা তাইবংনি
মখোয়গী খুৎতা তারগা
অবা মৈশা লাংগনি
পুন্সি পিখমনগনি
ইমাগী য়াবাসি কাওগনু
চেকশিল্লুকো পারীও।

*অতেনবা পেনা*

কৈবুল ইমাগী তম্পাক্তা
শমব্রু-কাংক্রম ওইরিবা
চীঙদুম চীঙদোমপোক অহমসি
পাবোৎ চীঙজাও, তোয়াচীঙ
তাইবং মখোয়না হায়নবা
চীঙদুম থক্তা কারুনু
লৌইবী নাপোমদা হৌরিবা

হৈবোং-হৈগ্রুবু কল্লকউনু
হুইক্র-হন্দং মীতারুনু।
লমদমদুদগী
তাওলৌ ইচিক হনবদা
নুংশি ইঁশৈ শৈথারকপা
তারুনু
নশানৌ ননেমচাগী য়াব্রানি
নুংশি চিল্লোকনসি
কৌরকপনি খল্লুনু।
লৌনম চাওবা তাইবংনা
খমনুং কীকোয় শক্তম লৌ
শৈথারকপা মোইথেম ইঁশৈনি
পায়ী নংবু ফানবা
তাইবং মখোয় থৌশিলনি
চেকশিল্লুকো পায়ীও।
অদুগা
শিমসু কাওগনু নহাক্লা
থাওব্রেম-য়াওবী মশাইকোনসে
ঐখোয়গী য়াইফ লমদমনি।
মফমসিবু থাদোক্লা
লমদম কৈদা চৎথোক্কনু
নংগী য়াইফ ওইরোইকো।

*তাওয়ি, বাঁশীগী তাই খোনজেল*

তারেদনা পায়ী নহাকসু
ওসি থাবল ফয় অহিংসিগী
ইচিক হল্ল তাওলৌসিদা
থাওগা লৈকায় পনলানবা
খুনজা পাখঙশিংগী য়াবাশে
কয়া নকনা তাকিল্ল ?
থাওব্রেন ইয়াগী কোনুংদগী

খোঙকাপ অমা থাংদোকখিবদা
মবৌ চাওবা তাইবংগী
লৌরী য়ুমফম লৈরবনি।
করিগুম্বা মীংকুপতা
ফুমদি মৈহৌ লাংপোক্তা
কুমগী ঈশিং ঈচাওদা
থাঙব্রেন মাবু থাদোকনা
তাইবঙ লক্ত চংলুনু
নংগী য়াইফবা ওইরোইয়ে
চেকশিল্লুকো পারী।

ৱারী মখা ঃ ফুমদি শেমলিবা পোৎচাকশিংদা উনা-ৱানাগী চাং য়াম্না য়াওবনা ফুমদিগী স্পেশিফিক গ্রেভিতি হুহুহুনা ঈশিং মথক্তা তাওহল্লি। অসিগুম্বা ফুমদিগী মতিক-মগুন মুম্না খঙব্রিবা মীতোপ-মীনৌ অমনা মসিগী মথক্তা পুৎথদনা চৎপা অরাইবা নতে। থোক-থোক নোমলিবা ফুমদিগা তান চানা খোঙ থঙগৎহৌব্রবদি মদুগী মনুংদা অদুমক পুৎথৈ। ফিভমসি মুম্না খঙব্রিবা শা মখল অমতনা কৈবুলগী ফুমদি মথক্তা লৈবা হৈনরোই। শঙাইদি পুরা হৈনরে। মখোয়না চৎপা মতমদা মাং অমসুং তুংগী মখোঙ অনিমক্তা মতম অমতদা, ফুমথক্তা চপ মান্ননা খক নেংতে, তুংথংবা খোঙনা নেংলগা মাংনা খরা য়াংখৎনা নেংলি। ফুমদিগী তাম্বাদা জগোয় শাবগুম।

*অতেনবা পেনা*

শঙাই ঃ

শঙাই কৌবী ঐনা
তাঙথক নাইবা ফুমথক্তা
খোঙথাং চুম্না নেংলগা
খোঙকাপ খুজেং পুৎথদনা
চৎপা ঙম্মী হায়নরিবা
তাইবং মখোয়গী য়াৱাসে
মসিমক্তি ইতারোই
চহী কুমজা কয়া চুপনা
লাইওইগ্রবা ইপা'পুশিংনা
কৈবুল ইমাগী ভম্পাক্তা
খুদুঙ নেং খুমাঙ কাওনা

চেন-চোঙনা লৈরকপগী
হৈনরকপা শাজংনি
মচাওইবী ঐখোয়না
কংজহৌবা লিচংনি।
'সিগুম্বা তাল্লবা
পারী পুরীগী ওইরক্লবা
ঐখোয়গী খোঙথাঙ
ঐখোয়গী শাথেক
ঐখোয়গী মীৎয়েংবু
তাইবং মখোয়না শিংথানরি
জগোয় হৈবী শঙাই
হায়না।

**য়ারী মখা ঃ** ফুমদি মথক্তা হৌবা অরাংবা নাপীশিংগী মনুংদা তৌ, খোইমোম, শিংউৎ-শিংনাং, য়ারা-চনীং লোকলৈ-পুলৈ অমসুং ঈশিং কম্বোংনা অথোয়বনি। অসিগুম্বা পাম্বীশিংগী মরক্তা লোৎলগা শঙাইনা লৈ, নোংজু-নুংশা খাঙই, অহিং য়ারেকই অদুগা মচা পোকফমসু ওই। হুপ, হুন্দং, রানামানবীনচিংবা অনেম্বা নাপী মখল কয়ানা ফুমথক্তা মরাংকায়না হৌদুনা শঙাইগী অশংবা শজিক চহী চুপ্পা রাংতা পি। শঙাইনা ঈশিং কম্বোংগী মতোন-মনৌ অমসুং শৎকায়ত্রিবা অপোম্বা লৈ য়াম্না পাম্না চায়। কৈবুল লমজাউদা হৌরিবা পাম্বীশিংগী চাদা তরানিপালদি ঈশিং কম্বোংনি। চহী নিফুমুক্কী মমাংদা মফমসিদা হৌবা নাপীশিংগী চাদা নিফুমঙাদি অরাংবা মখল ওইরম্মী, অদুগা, হৌজিক্লা কুনমরিগী চাংদা হুম্বরে। অসুম্না পার্কতা হৌবা নাপী মখল, মখোয়গী কুঙবা-থাবগী ফিভম নোংমা নোংমগী হোংলকপসিনা শঙাইবু ওম্থোক্লা লংতকনহল্লে।

*অরাবা বাঁশী*

**শঙাই ঃ** *(স্বর শাংনা হোল্লি)*
ইতা ইবেম্মা
কৈবুলগী 'তাউবা ফুমথক্তা
চোঙলিবা হানৌ য়েনিং
লেপতল্লিবা অশং'মানশিং
মখোয় খাইগী মরুমদা
শঙাই ঐনা হিংবনি।

অদুবুনে ইতায়োই
য়েলহৌঙেদগী
ইমাগী লৈতেং ওইরম্বী
ঐখোয়বু নাখল পীরম্বী
নারক মোংশোঙ মখোয়না
'সুম'সুম বাংশিল্লক্লসিদা
শঙাই ঐগী পুক্লিংসে
লৈতাহল্লে ইতায়োই।
খোইনৌও লেঙমাম্নবী
মখল্লুনে নহাকসু
মায়োই'রা তাকশিল্লক্লবী
ইমাগী ফম্বাকসিদা
লাইবক থিরবী ঐখোয়গী
লোংফম-লৈফম কৈদনো ?
থাবুম মপুঙ ফাম্রিবী
খোমলাং মায়য়োকনরিবী
পারী ইমোম মখোয়দি
পিকলিবী নবা ওইবনা
খোঙকাপ কারল চল্লিদো।
ঈথককুম ঈপোমনরবা
অতাওবা ফুমথকশিদা
মমা ওইবী ঐহাক্লা
তরা চিন্দম্বা চংথোকখৈ
ইতুং'নশি ইনঙমদা
ময়াইবক থিরবী ইচানি।
অদুবু
হায়বা ইনবা ইচানা
মমা ঐগী য়াবাবু
করিনুংদা হিকতোক্কে
নাওশুমলম্বা মফমদা
অকি'খঙ তুংওইমনা
নিঙায়দনা লৈথোকই।

অদুবুনে খোয়নৌও
থাবুম কুমজা কাংদনা
য়াওল শক্তামলক্নিবা
ইমাগী তুবুমলকসিদা
লাইবক থিরবী ঐগী
তাইবং মীয়োল শগ্রিবা
ইচাশিংগী লোৎফম লৈরক্নে
চংজফম উপায় উরক্নে
উরক্নেনো ইতায়োই।
*(হিক হিক কপ্পী)*
হে তাইবং মীওইবা
ইপাঙ কনা লৈত্রবী
হিংবগী ইম্নীসু শামলবী
পিদোক্লবী শঙাইনা হায়জরি
নখোয়গী চনু ওইব্লিবী
শঙাই কৌবী য়াওরৌনা
মরুম থুপনা হিংলিবা
তৌ-শিঙউৎ-শিঙনাংসিতদি
মাংহনবীগনু নখোয়না।

## তরেৎশুবা

# মানজ কাদা

*কৈবুল লমজাউ শৈথাবা খুনুং ইশৈ*

*লোক্তাক মাগী মশাইকোন*
*থাঙগা চীঙশাং নাপোমদা*
*কৈবুল চীঙমৈনা পলোনশা*
*ইংনা তোমথীন ঙাম্রিবী*
*কৈবুল লমজাউ মীংগৌবী*
*ফজে ফজে কৈবুল লমজাউ ।*

*কাওরি নহাক্তি মালেমসিদা*
*তাঙথক নাইবা ফুমদিনা লৈতেংবীনি*
*ওইরি হরাও তয়ামগী য়াকাবুং*
*তাইবংদা অনি শুদ্রবী*
*মালেমদা তোমথিন ঙায়রবী*
*য়াওরৌ শঙাই শকহেনবীগী*
*কৈবুল লমজাউ মীংগৌবী*
*ফজে ফজে কৈবুল লমজাউ ।*

*হি হোনবা, ঈশিংগী উচেক ময়াম খোংবা তারকই*

**য়ারী লিবা ঃ** মীওইবনা ইমং-মনুং, লৈকাই-খুঙ্গংদা লৈমিন্নদুনা অরা-নুংঙাই পুন্নমক মায়রোং য়ামিন্নবগুম লমলক্কী শা-উচেক অয়াম্বসু পুন্না-পুন্না লৈমিন্নবগী হৈনবী লৈ । মহৌশা শঙাইনা লমদমসিগী চীংয়া-তময়াদা মনিং তম্না লৈম্নিঙৈদা মখোয়গী মরক্তা পুন্না লৈমিন্নবগী হৈনবী, নুংঙাইবা লৈরম্মী অদুবু, শঙাইনা কৈবুলদা লৈখিবদগী অসিগুম্বা হৈনবিসি মাঙখিবগুম তৌরে । মসি কৈবুলগী ফিভমনা য়াদবদগী তঙাইফদনা ওইখিবনি । অয়ুক-নুংথিলদা মাইকৈ ফাংনা চৎথোকনরুবা শঙাইনা নুমিদংবাই য়ৌরকপদা পুলপ-পুনশিন্দুনা অহিং য়ারেকমিন্নরুবসু নোং হেক ঙানবগা মশা-মশানা পাম্বা মাইগেদা শজিক চাবা অমুক

চৎনখি। করিগুম্বা মতমদা শঙাই মরি-মঙা নত্রগা মদুম্নী হেন্না অয়ুক-নুংথিলদা লৈমিন্নরম্বা য়াওই, অদুবু, মদু মতা চারুবা হায়বদুনি, অচেৎপা লিপুল অমগী তৎন-থানবা য়াদবা শঙাই শজু নত্রগা শন্নুপ নতে। মদুদা শঙাই লাবা, অমোম অদুগা মচা মখল শুনা য়াওবা য়াই, য়াওদবসু য়াই-লাবঙাক্তা নত্রগা অমোমঙাক্তা লৈমিন্নরম্বা য়াই। লাব-অমোম পুন্না লৈমিন্নবদি চহীগী ফাইরেল-লমতা-শজিবুদা তোইনা উই।

*অতেনবা শেনা*

শঙাই :

খবশা কৌবী খোইনৌও
লাইবক থিববী শঙাইগী
লোইবা-খঙম্বা নাইদ্রবা
পুন্সি লিক্রম ষারীসে
অষাবগী অষাবা ঙাক্তনি।
লমদমদিগী তোপ-তোপ্পা
ঈশিং-নুংশিৎ-নুংশাদা
কুমজা কয়া লৈরকপনা
য়াওরৌ ওইবী ঐখোয়গী
পাবী-পুরীগী লোইনরকপা
হৌনা-লোনচৎ কয়াসু
কাওপ্লবনি ইতারোই।
ঐখোয়গী
তামপ্লবা ইপা-ইপুশিং
লাইওইপ্লবা মখোয়দি
শজু'ন্নুপ লৈমিন্নরম্মী
হরাও-তয়াম শান্নামিন্নরম্মী।
*(খব শাংনা হোল্লি)*
অদুগুম্বা
পুন্না লৈমিন্নবগী নুংঙাইবা
ইং-চীক্লবা পুন্সিদো
ফংলরোইদ্রা অমুক হন্না
ঐদি ওহ্মোক্লা ষাম্রেদা!
লেপতনা হোংলক্লিবা

মতম মাগী য়াওন্দা
ঐ
ইশাবী
ঐখোয়নিগী নুংশি ইচেলসে
তৎন-থানা য়াদ্রবা
নুংশি লিপূল হায়বদু
অমুক ওইদ্রবনি
ওইদ্রবনিনে ইতারোই।
( *কপ্নি* )

*অতেনবা পেনা*

**য়ারী মথা ঃ** কৈবুলদা শঙাইনা নাইতোম-নাইতোম লৈবা হৈনখিবা মরম কয়াগী মনুংদা মফমদিদা ওইরিবা ফুমদিগী ফিভম য়াম্না মরু ওই। খোক-খোক নোম্না ঈশিং মথক্তা তাওরিবা ফুমদি মথক্তা শা- ময়াম পুন্না লৈমিন্নবা খুদোং চাদে। মফমসিদা শাহীংচাবা অচৌবা শা লৈতবনা মখোয় নাইতোম নাইতোম লৈনদুনা মীওইবগী মীৎয়েংদগী নহোকপসু ঙম্মী। মীওইবগী নিল-খোংবা থবক থৌরম কয়ানসু শঙাইবু পুন্না লৈমিন্নবদা অকায়বা পি। পুম্নমকসিগী মথক্তা, কৈবুল লমজঙসি শঙাই মশীংগা য়েংনবদা লমসু পাক-চাওই, মরাং কায়। অশংবা শজিকসু মফম খুদিংমক্তা য়াংতনা কংই।

*অতেনবা পেনা*

**শঙাই ঃ**
নিংথিজরবী কৈবুল ইমাগী
খাংচেৎ-নমখাঙ ওইরিবী
থাঙয়েন মাগী তম্পাক্তা
শঙাই কৌবী ঐখোয়না
পুন্সি নুংশাং লৈদুনা
ইচা'শু নাওকোননিংবনি।
লেঙ'ঙ চৎনা অশংবী
কম্বোং হানৌ খোয়থুন্নবী
খৌবোম থন্না চারগা
ঈপোম হৌনা ভাম্থারিবা
ফুমগী পুঙলোন চাননা
কংলৈ মতিক মম্নাইবু
হয়াওনা শৈথারীবী

জগোয় খোঙকাপ ভাল্লিবী
ঐখোয়নিদো ইতারোই।
অদুবুনে চান্নবী
নুংশি খঙদ্রবা তাইবংনা
ঐনা চংজফম লৌরিবা
মরুম থুপনা হিংলিবা
লমদমসিগী
অবোনবা শক্লোন'ক্তমবু
অসুম'সুম মুনবীগ্রে।

ঐগী
জগোয় তাম্থা পিরম্বা
উথুমগী তুম'ম পুঙলোনসু
'মুক তাখিদরে ইতারোই।
( *কল্লি* )
তৌ-কম্বোংলক্তা শৈহেকলম্বা
কৌজেং-হারৌগী শৈশক
লেপখরে
লেপখরেনে ইতারোই।
অদুগুম্বা
লমদমসিগী নিংথিজবী
শঙাই ঐনা খোয়দাজবী
খাই খিবিকশিংদো
'মুক হন্না ফংলরোইদ্রা ?
ঐদি ওম্থোক্লা বাগ্রেদা।

***অতেনবা পেনা***

**মারী মথা ঃ** শঙাইনা অঙনবা অয়ুক অদুগা নুমীদাংবাইদা শজিক চাবা খাইদগী পাম্মী। নুংশা কনখৎলকপা মতমদা মখোয়না শজিক চাবা তোক্তুনা অশোংবা নারক্তা পোৎথাদুনা লৈ অদুগা নুমীদাংবাইদা অমুক খোরকই। নুংথিলগী অয়াকপা নুংশা খাঙনবগীদমক্তংা শঙাইনা খাইদগী শোংবা নারক খল্লি অদুগা নুমীদাং য়ারেকফমগীদমক্তদি খোইদোক্লা খন্দে। অহিংগী অমম্বনা মখোয়বু য়ৈখায়-থিনগায়

কয়াম্পগী ঙাকপী-শেনবীরী হায়বগী মওংদা লৈরুবা মকম অমদা য়ারেকনবা শেম-শাই। শঙাইনা খরশগসু নুংথিল পোৎথামিন্নে, অহিং য়ারেকমিন্নে।

*অৱাবগী বাঁশী*

শঙাই ঃ *(শ্বর শাংনা হোল্লি)*
ঙসি
কৈবুলগী অশোঙবা নারক্তা
চংজক্ম লৌনা হিংলিসি
ঐখোয় খরতা
মঙাইরেদো ইতারোই।
ঐখোয়গী ইরক্তা লৈরিবা
নুংশিগী লিপুল হায়ববু
তাইবং কনা খঙদ-উদ্রবা
অমম্বা অহিংগী মশাইকোন্দা
য়াবেকমিন্নবা নুংশিনা
'সিখক্তা মঙাইহৌরে।
কোরৌনা হেক ঙানবগা
ফংলনি তাইবংগী শউম
অদুগা ঐখোয়না
মাইকৈ ফাংনা ফাংনা
তথক-তথক চৎনবিনি।
মতমসিদা ঐখোয়গী
পারী-নৱা কয়াম্দি
কাং তুমিৎনা চওমনরবা
অশোঙবা নারক শীঙলক্তা
কনা খঙদ-উদনবা
মমা ওইবী ঐখোয়না
নাওশুম ঈশৈ শকলম্মী।
অদুগুম্বা ইচাশিংদো
মমা ঐখোয় য়াকাদা
করি খঙদ য়াতারিবা

নৱা ওইবী মখোয়দো
য়েকন খুৎতা তাখিবা
লমজাউ খাম্বীনা মৈৱাইখিবা
খাণ্ডউ থক্তা কেমখিবা
পুন্সি পিখমনখিবসু
য়াওশ্লবনিনে ইতারোই
য়াওশ্লবা। *(কল্লী)*

**ৱারী মথা ঃ** শণ্ডাইনা মহৌশাগী অইং-অশা অমদি অৱা-অনা খুদোংথিবা কয়া খণ্ডবা ঙমলিবা হকচাং কয়াং শক্তিশিংগী মনুংদা খোনজেল তাবগী শক্তিনা অথোয়বনি। মসিনা মীৎনা উবা শক্তিদগীসু হেন্না পাঙ্গল কল্লি। শণ্ডাইনা অরাপদা লৈবা পোৎশিংবু উরবসু মসিগী অশেংবা মশক-মচু খণ্ডবদি ৱাই। পৈশিন্দুনা থম্বা ফুমদি মঁপে, চোরফোন মচুগী ফিজোল শেৎলগা লোৎতুনা লৈবা মীওইবগী শক্তম, অনিগী খেন্নবা খন্দোকপা ৱাই। মীৎনা উরগা মশক খণ্ডবা অরাপগী পোৎশক অমবু মফমদুদগী থোরকপা খোনজেল তারগদি পোৎতুগী অশেংবা মশক খণ্ডবা ঙম্মী। খুৎশেমনা থোকহনবা খোনজেল অদুগা শা-উচেকনা থোকহনবা খোনজেল অনিগী খেন্নবসু লাইনা খঙই। শণ্ডাইনা মনম লৌবগী শক্তিসু তাবগীগুম্না কল্লি।

*ঈশিং উচেকশিংনা খোংবা*

**ৱারী মথা ঃ** চহী নৌরিবা শণ্ডাই মচাশিংনা ফুম মথক্তা শান্নবা য়াম্না পাম্মী। অহাঙবা মালংদা ৱাঙনা-ৱাঙনা চোংখৎলগা মখোঙ ফ্রং-ফ্রং কাউবা, নারক মোঙশোংগী অকোইবদা কোয়চেল চেনবা, মদুদা চোঙশিন-চোঙশিন্না ৱাইবা, মমাদা (মপী) ঙাথু-থেংথুনা ৱাইবা, পুম্নমক শণ্ডাই মচাগী শান্নবগী শক্রোন শক্তম ঙাক্তনি। অদুবু, শান্নবা মতমদা মপাগী (লাবা অচৌবা) মনাক্তি খক নকশিল্লুদে। মচী অকনবা পাল্লিবা লাবা অচৌবদি শান্নবা কয়া পামদে। মখোয়না মকোক ৱাংনা থাঙ্গৎলগা নত্রগা মকোক-মচীন নোম্বরগা ময়া হীগৎতুনা ফী-ফা, ফী-ফা কামলবদী শান্নবা নতে, অশাওবগী শক্তমনি। মচীনা ফুমদি মঁপে, হাবুংদা ফর-ফর ৱাইরক্লগা খৎননিংবগী মতৌনি। লম্বাচাবা থোরকউ, খৎনসি, ৱাইনশি অঙম্বা খণ্ডোকনসি হায়বনি।

*অতেনবা পেনা*

**শণ্ডাই ঃ** মালংনা রি-রি হুমলকপা
নুমিদাংৱাইগী কোরৌদা'

তৌ-কম্বোংনা পনশারিবা
অকংবা হুপ-হুন্দং-কম্বোংগী
তমোল তমোলনা নিংথিবী
ফিরাংজী ফিডৌ মথক্তা
ফুমগী তাম্বা চাননা
কুমশিং'মওন য়ামদ্রিবী
ঐগী পরী-ইমোমশিংনা
কেকু কুম্মৈ শান্নবা
ইশাবী মানজ মহাক্তা
য়েংলোম ওইরোম ফমমিন্না
থবাই তানা য়েংজনিংই।
অদুবুনে ইতারোই
তাইবং শাউম লাংলবী
কৈবুল ইমাগী মাইথোঙনা
অসুম'সুম মকশিল্লকপা
অবা শকফম উরগা
শঙাই ঐগী পুক্লিংসি
ওহাক্তা লৈতাব
ফংহন্দ্রবনি ইতারোই।
'সিগুম্না মৈশা লাংলবী
ইমাগী অবা শক্তমসিদা
য়াওরৌ ওইবী ঐখোয়না
ইচাগী নুংঙাই কুমৈবু
উররোইদ্রা তুংকোইনা
ঐদি ওম্বোক্লা
খোয়রাংখ্রেদা ইতারোই।

স্বারী মথা ঃ চাবোকথাদা মপুঙ-মরৈ কানা পাঙলবা শঙাই লাবা অমনা কোনবা লমগী ওমখৈ লৈ। লমখৈশিগী মনুংদা অতোপ্পা লাবা অমনা থক চংলক্তে, চংলক্লগদি, মদু মখোয়নি উশিংনদে তাকপনি। অসিগুম্বা মতমদা হান্না লৈরম্বা লাবগা

নৌনা চংলকপা অদুগা কন্না ৱাইনৈ, অঙন্বা খঙদোকনৈ। অসুম্না ৱাইনবদা অঙন্বা অমনা অচেনবা লাবদুবু কোয়তাল তাল্লি, তান্নবা ফংলবদি মচীনা ৱাইরগা হাৎপফাও য়াওই। অকনবা লাবা অনিনা হাৎতোকনবফাও ৱাইনবসি চাবোকথাদা অমোম হাকন্নবদগী তোয়না থোকই।

*অতেনবা পেনা*

শঙাই ঃ

খোয়নৌ ইতা ইবেম্মা
তাইবং মীওইলক্তা
চেকপল-লাংখোঙ শেমদুনা
য়ুম-ইখোল নাইবগী
লমখৈ ঙমখৈ তাকপগুম
ঈশিংনা পল্লোন কোয়রীবা
কৈবুল লমজাউ লমদমসিদা
য়াওরৌ শঙাই ঐখোয়গী
নুমিৎ খুদিং শান্নফম
হৃপদৌ শজিক ৱাৎতবা
নুংশা মৈশা য়াক্তবা
তাইবং শাউম লাঙদবা
লমগী ঙমখৈ লৈরিদো।
ঙমখৈশিবু খঙনবা
শাবী পাজলবা মহাক্না
কোয়না লৈনা চৎতুনা
খুদম চাংতম থম্বনি।
নুপীজা ওইবী ঐবু
অপাম-নুংশিগী ৱাখলনা
থমোয় চাংজৌ থুমখিদুনা
তুঙ ওইনরকপা খুদমসিবু
শামা পাজল মান্নবা
ইশাবী অনি থোরকপা

কল্লক-খম্বল শিংনরকপা
পাম্বোম তিঙনা মুকনরকপা
চায়না খোঙফম শেমনরকপা
অঙম তাননা খৎনরপা
মখোয়নিগী মরক্তা
তৌফম খঙদনা ঐনা
থমোয় চোংনা খাঙজখি।
পাঙল শোনবী ওইবনা
ইশাবী'নিগী শারক লেপ
অশাও খাম্বী মৈমুৎলুবা
ঙমলুদে শীংশৎলুবা।
উপায় লৈত্রবী ওইনা
মিৎলু পিরাং ঈহৌনা
তঙক'ঙক য়েংদুনা
মিকুপ-পুংজা লেনজখি।
লাইবক থিবী ঐগীদি
ইশাবী মানজ খুদিংমক
অমতনি ইতারোই।
*(স্বর চাওনা হোল্লি)*

ৱারী মখা : শঙাই লাবা অচৌবশিংগী মরক্তা অমোম হাকল্লবদগী য়েংখিনরবসু অতৈ মতমদি, মখোয় পুম্নমক নুংশি চান্নবা লৈমিন্নে। অয়ুক নুংথিল নুংশা কল্লিঙৈদা শঙাই অমোম অমসুং মচাশিংনা উরুম লাংবা নারক শিংলক্তা লোৎতুনা লৈরবসু লাবা অয়াম্বদি লেপতুনা লৈ। মখোয়না পার্ক মনুংদা নিল-খোংবা নত্রগা করিগুম্বা মখলগী অকি-অখঙগী পাও লোই।

শঙাই : *(হরাওনা)*
খরশা কৌবী ইতারোই
নংসু 'মুক্তা য়েংউনে
মানজ ওইবা অমনা
নুংশিৎ ঈরম মায়য়োকনা
মীৎয়েং কারল লাক্লা

লেপলিসে
নিংশিং ফুরাগুম।
মহাক্না 'সুমনা লেপলিঁঙে
মৈহৌ লাপোক উরকপা
তাইবং শাউম কংলকপা
অফি'খঙ খুদিংমক
পাঙলবা মহাক্কী
খুমাঙনা লৈপাক থিন্না
পাওপিরক্কনি ঐখোয় তানা।
অদুগা
করিগুম্বা মতমদা
ঐখোয় পুন্না
য়েক্না খুৎভগী নাম্বোকনবা
লমজেলমিনয়সু মিপায়না
মানা
খক থাদোক্তে ঐবুদি
মবক'মুক লেপ
ঐবু'মুক য়েং
ঙাই-ঙাইনা চেনবনি।
'সিগুম্বা ইশাবীগী
কাওঙমদ্রবা হৈন-লিচৎ
ঐখোয়বু চানবীবা মতৌসিনা
কংথোকলবনি মানজ কাদা
ঐগী থবাই হকচাং পুম্বা
ঐগী থারা লিক্লমনা
ভুঙকোইনা তংহৌদনা
কংলৈপাক্কী মিংথৈবু
শক-শোনবা ঙমজনবা।
*(খ্বর চাওনা হোনবা)*
অদুবুনে খোয়নৌ
শঙাই ঐগী অনিংবসিবু

মতমগী খোঙলৈ নংলবী
কৈবুল ইমা পুকফবীনা
থৌজানবীররোইগ্রা
ওম্বোক্তা খোয়রংশ্রেদা ঐদি ।

ম্বারী মথা ঃ শঙাইনা নুমিৎ খুদিংগী কৈবুল লমজাউ শিনথুংদা শজিক চাবা চৎতে । পাক্কী মনুংদা মখোয়না চৎথোক-চৎশিন্দা খুদোং চাদবা মফম কয়াসু লৈরি । কৈবুলদা শঙাইনা লৈবদা নুংঙাইরিবা মফমদি-অম্বাংদা পবোৎচীঙ, নোংপোক্তা খোরদাক তুরেল মরিল, খাদা তোয়াচীঙ অদুগা নোংচুপতনা থাঙব্রেন-য়াঙবীনা কোনবা লমদমনি । অসিগুম্বা শঙাইনা লৈবদা খুদোংচারীবা লমগী পাকচাওবসি চহীগী ঋতু মতুংইন্না খৈয়ে । কালেন্দা খোঙগং-খুকংবা অমসুং চাবোকথাসু ওইবনা লাবনা অমোম থিবা লাপনা-লাপনা চৎলি, অদুনা মখোয়গী লৈফমসু পাকচাওনা কল্লি । নোংজুথাদা ফুমদি অয়াম্বা ঈশিংনা থুমজিনখিদুনা শঙাইনা লম লাপনা চৎথোকপা য়াদে, অদুনা, মখোয়গী লৈফম পিকশিল্লকই । নোংজুথা লোইখিদুনা নিংথম ঋতু অমুক চংলকপদগী পাৎকি ঈশিং ঈমায় হুম্বি, মসিগা লোইননা শঙাইনা চৎথোক-চৎশিন্দা অমুক খুদোংচারক্কুনা লৈফমগী ওমখৈ পাকথোক-চাওথোরকই ।

*অতেনবা পেনা*

শঙাই ঃ
ঐগী থবাই হকচাং
শরু তোঙশা পুম্বা
লমদমসিগী লৈহাওগা
চাশিন চুশিন্নগ্রবা
তৌ-কম্বোংনা শেন্নবনি ।
অদুগা ওসিফাওসু
শঙাই কৌবী ঐগী
শিংলি-নাওরী শিনথুংনা
তামগ্রবা ইপা'পুগী
অশেংবা ঈচেল লেপতন্নি ।
হে তাইবং মীওইবা
নখোয়না হায়নবদাই
ঐখোয়গী লাইওইগ্রবা য়াদি
নমু তাইবংগী শাইওলনি ।

ঐনা
চনু নিঙোল নখোয়গী।
কুমগী ঈশিং ঈচাওদা
কুমদি মৈহৌ লাংপোক্তা
লাইবক থিবী শঙাইনা
তাইবংলক্তা চংলকপদি
ইপা'চা খ্বাই লৈরমনি
নখোয়বু নরুম থুপলুনি
ঐবু'ব্রাবদগী কনবীনি
চংজকম ফংনি খল্লুবনি ।
অদুবু
হৌজ থেঙখাং কয়াদা
নখোয়নদি মীওইবা
উপায় লৈত্রবী ঐখোয়বু
তাথি'ওইনা তৌরীরকই
মীনুংশি য়াওদবা শজংনা
পারি ইমোম কয়াবু
পুন্সি চেংজেল লোমহনখি
তাওবা শরাক তমহনখি।

*অব্রাবা বাঁশী*

ইতা ইবেম্মা
লাইবকথিবা তাঙলৌদা
য়ুমনাক শাগৈ হোংব্রবী
চনু নিঙোল ওইবীশিংনা
মপাম লমদম খোঙদোইরকপা
মবুং'পাউব্রাশিংদা চংজরকপা
তাইবং মখোয়গী লোনচংনি।
অদুগুম্বা চংনবীদো
তামথ্রবা ইপা-ইপুগী
পকখিবা ঐগী লুদা তোঙদা
ঙসিসু 'দুমক নিংশিংজি।

অদুবু,
তাইওন্নবা তাইবংদা
শঙাই ঐগী ইশকপু
কাওথোকপিদ্রে মখোয়না।
মালেমসিদা
শাগৈ নাতৈ তামহৌরবী
কংলৈগী শেংল চনুনিঙোল
শঙাই কৌবী ঐহাকপু
কাওথোকপিদ্রে মখোয়না
শকখঙবীদ্রে ইতারোই।
*(কল্পী)*

# নিপালতবা

# মৈমীলক্তা

## হি হোনবা, ঈশিংগী উচেক মরাম খোংবা

ঋারী লিবা ঃ মপুঙ-মবে ফারবী শঙাই অমোম অমনা মচীওইবা চিনজাক মচলগুনা চারবা, অচাকপা মকমদা লৈদুনা যুম্বান্নবগী নিতি-নিয়ম কায়হন্ত্রবদি চহী খুদিংগী মচা অমমম পোকপা গুম্মী। ফাইরেল-লমতা-শজিবুদা শঙাইগী পা-পী তিন্নবা থা ওইবনা অয়াম্বা মতমদা লাবা-অমোম লোইনদুনা লৈ। মতমসি পাংকি ঈশিংসু কংখিদুনা ফুমদি অয়াম্বা লৈতারকই। মসিদগীদি কুমগী নোংজু লাকপগা ইরোইননা ফুমদিনা ঈশিংদা অমুক তাওখংলি। অসিগুম্বা কৈবুল লমজাওগী ফুমদিগী য়াওলগা চাশিন-চুশিন্নলা শঙাইগী যুমবান্নবগী মতমসু তেল্লি, সুপনগী নুমিৎ নিফুমঙারোমদগী হেন্দে।

*অতেনবা পেনা*

শঙাই ঃ

নোংদম্বা মাগী নোংদমখোম্না
শঙাই কৌবী ঐসে
লোক্তাক লৈমগী মশাইকোন
কৈবুল মাগীনা ফম্বাক্তা
চংজফম লৌনা লৈরকপা
কুমজা-কুমওন য়ামলক্লে।
লোইদাম অসুম কুইবসি
লমদমসিগী খোয়থুমনরবা
কম্বোং মনৌ চিন্দমলগা
অইংবা লোক্তাক লাইজনা
চারেপ চাকম ওইরকপনা
লাইওইন্ত্রবা ইপা-ইপুগী
চংনা-লোনচং কয়ামদি
কাওশিন্নক্লে ইভারোই।
মপু মাগী থৌশিলদি
ইশবী মানজ মহাক্তা

মফম খুদিং কোয়মিন্নবা
মতম খুদিং য়ারেকমিন্নবা
মপাঙ শুংথা থাদোকনদবা
য়াওরৌশা ওইবু তমলকপনি ।
অদুবু
মতম মাগী য়াওলদা
শঙাই কৌবী ঐনা
ইশাবী থঙলেন মাবু
ইথানুংদা কোনজবা
চহী চুপ্পা থাদোকনদনা
পামু-নুংশি চিনলোকনবা
ফংলক্লে ইতারোই ।
*(হায়জবা)*
মালেমগী মতিক হাপ্পীরিবা
লেংলি-পাপ্লিবা পুম্নমকপু
শেম্বীরিবা লাইনিংথৌ
কুমগী নোংজুনা লাক্লিঙৈ
তেল্লবা কোরৌ খরসিদা
লাইবক থিরবী শঙাইনা
ইশাবীগী নাক্তা লৈজবা
নুংশি হৈরু খুনজ-ওম্বগী
পাঙ্গল থৌনা হাপ্পীয়ুকো ।

**ৱারী লিবা ঃ** শঙাইনা নেসনেল পর্কী মফম অয়াম্বদা চংথোক-চংশিন তৌরবসু চাবোকথা য়ৌরকলবদি লাবা-অমোম লোইননা লৈমিন্নবদা খুদোংচাগদবা মফম থল্লি । খাঙব্রেন-য়াঙবী অমসুং মসিগী মনাক নকপা ময়াইদাক, হাওরৌ ফুমলক্কী মফমশিংদা মথোয়গী চাবোকফম হেক-হেক ওই । মফমসিগী অয়াম্বা শরুক্তি অথাবা ফুমদিনি, মথক্তা তৌ, শিংউং-শিংনাং, থোইমোমগুম্বা অৱাংবা নাপীশিং কুঙনা-থানা হৌবনা শঙাইগী য়ুম্বান থৌরমদা মায়পাকই অদুগা হন্দং, হপনচিংবা অশংবা শজিক নাপীসু চীহীচুপ্পা ৱাংতনা ফংই ।

*কৈবুল শৈথাবা খুনুং ইশৈ*

*কৈবুল ইমাগী তম্পাকসে*
*ৱাকচীং উলেপ্পা থমখিবদ*

*অশংবা চরৈনা লৈতেংলে*
*তোমথিন ঙাল্লিবী য়াওরৌনা*
*অপাম-নুংশি চিল্লোকনরি*
*তাওজিং হৈরু পিনরি*
*মপু মাগী শিল্লানি*
*ফজৈদা ইমা কৈবুল লমজাউ*
*ফজে ফজে কৈবুল লমজাউ।*

**য়ারী লিবা :** কুমগী নোংজু মাংওইন্না কৈবুল লমজাউদা শজিক হানৌ চোংবা হৌরকপনা শঙাইগী চাবোকথা লোইরকপা মতম অদুবাইদদি নাপীনা খুউ, খাং য়ৌনা বাংলে। মতমসি শঙাই লাব-অমোম অনিমক্কী পুন্সি য়াওলদা য়াম্না মরু ওই।

*অতৈনবা পেনা*

**শঙাই :**

কালেন নুংশা ঈরোইননা
কুমগী নোংহৌ লাকপদি
য়াওরৌ শঙাই ঐখোয়গী
তোপ'প্না পুন্সি য়াওলগা
চাশিন-চুশিন্না শিনবীরকপা
মপু মাগী থৌরাংনি।
মতমসিদা
ঐখোয়না চংজফম লৌরিবা
মরুমথুপনা হিংলিবা
ফুমদিথক্কী তুবুমশিং
য়াকচীং ঙলেন নংগ্রবী
মখোয়দো
ফাইরেল নোংজু ঈরিক্তা
নৌনা লৈয়োল য়েনিংহল
লৈনা শংনা তেকখৎহল
ফিজোল'মুক ফুমদিগী
হোংলকপনি ইতারোই।
মতমসিগী'সিগুম্বা

লেং-লেং চংলবা হ্বানৌবু
খৌরোম থম্না চারগা
ফাইরেল-লমতা-শজিবুদা
শাবী মাগী মিতম লাক
তাওজীং হৈরু পামখিবা
পিবুকনুংগী নম্বানা
হম'ম লাকনা চাওরক্লুনা
মপুঙ মরৈ ফারকইদো।
অদুগা
ইতা ইবেম্মা
কুমগী নোংজু মাংওইননা
মালেম লৈদা কেনথ্রবা
ইশাবী মাগী চীরোঙসু
মতম তাঙলৌ'সিদা
নৌনা অমুক খুমু হন
শাবেপ ফানা চাওহৌই।

**ৱারী লিবা ঃ** চাবোকথাদা শঙাই অযোম্বগীদি লাবগীগুম্না মশক-মতৌ, কুচুগী খোইনা অহেংবা লৈতে। যুমবাম্নরবা মতুং থা নিপাললোম নাওপুরগা মচা অমা পোকই। মচানা অমোম ওইবগদি চহী মবিগী মনুংদা মপুঙফানা চাওদুনা মীওই শুই, অমুক মচা পোকপা ঙম্মী।·খোমজীংলিবী মমা অমনসু থা অহুম-মরিগী মনুংদা গর্ভ অমুক পুবা য়াওই। চাবোকথাসিদা করিগুম্বা মখলগী নিল-খোংবানা শঙাইগী পা-পী তিন্নবদা অকায়বা হেক হেক থোকহল্লি। মসিনা শঙাই মশীং হুম্বহল্লকপা য়াই। অদুবু,'মতমসিদা কৈবুলদা হৌরিবা ন্যাপীশিং কণ্ডখিদুনা শা মশীং থিবদা খুদোং চাই। মরমসিনা শঙাই ঙাকশেনবগী থৌরাং ওইনা, চহী খুদিংগী, মতমসিদা শা-মশীং হেক হেক থি।

*অতেনবা পেনা*

**ৱারী লিবা ঃ** থোক থোক নোম্বা ফুমদি মথক্কী অপোঙবা নারক্তা শা অমতনা চিংথদনা মশীং থিবা অরাইবা নতে। মীওই কয়ানা মতম অমতদা, মাইকে ফাঙনা চায়থোকনরগা শঙাই মশীং থিবা য়াই। হেলিকোপতর তোংলগা নোংথক্তগী মশীং থিবসু চংনৈ। মসিনা ম্বাইদগী লাইনা, শা মশীং চুম্না পুথোকপা ঙম্বা ঊপায়নি লৌনে। অদুবু, শঙাইগুম্বা য়াম্না পাখংচাওবী শা অমগী খোঙকম চেংতবা মফমসিদদি থৌরাংসি য়াম্না খুদোংথিনিঙাইনি।

*হেলিকোপতর নেমনা পাইবগী মখোল*

**শঙাই ঃ** *(শ্বর থবেৎ থবেৎ হোন্না পাখৎনা চেল্লি)*
করিনো, করিনো ?
ঙসি ঐনা তারিসিবো
তাইবং কনাগী য়ব্বানো ?
মতৌ'মনি
কৌরৌ অতৈগা মান্নদে
শঙাই ঐবু লাংগোস চল
থৌরী কোঙ্গোই হুক্লা
য়াওরৌ ঐবু শাফাগে
তাইবং খুৎতা চল্লগে
থৌরাংলিব্রা মখোয়না ?
*(পাখৎনা খরশা কৌবা)*
হো ইতা ইবেম্মা
ইতা ইবেম্মা নুংশিবী
খরশা কৌবী নহাকপু
লমদম কৈদা লৈবগে ?
শঙাই ঐনা কৌববু
তাদবরনে খোইনৌ ?
ঙসি
কৈবুল ইমাগী তম্পাক্তা
নিল-খোংলিবা য়াবাসি
ইতা নংবু তাদ্রনে ?
*(খরশা লৈরমদবগী মওং)*
হি করিনো !
খোয়নৌ মহাক লৈতেনা !
*(শোনজবা)*
ওহোকপগী লাইবকনি
খোয়নৌ ইতা নুংশিবী
খরশা কৌবী নহাকসু

লাইবক থিবী ঐহাক্কা
লৈফম-চাফম পুল্লুবনা
অব্বা-মৈশা লাংমিন্নরেদো।
মচল ঐবু হাকন্নবদা
লমওক ইবুং মহাকসু
পোংথাফম তুমফম খঙহন্দ্রে।
*(খরশা থিরকপা)*
ইতা ইবেম্মা
খোয়নৌ খরশা নহাকপু
লমদম কৈদা লৈবগে ?
ঐসু নতুং ইল্লক্কে।
ঐখোয়'নি
চেনমিন্নসি কদোমদনো
থাদোকননুসি ইতারোই ?

খরশা : *(অরাপ্পদগী)*
হো ইতা ইবেম্মা
শঙাইও নহাকপু
খরশা কৌবী ঐগী
খোঙকাপ খোঙথাং ইল্লকউ।
অব্বাং পাংনা চেনসি লাও।

শঙাই : *(অনকপদগী)*
খোয়নৌও নুংশিরবী
অব্বাং মাইকৈ অদোমদি
লোক্তাক ঈনোং ফংবনি
লুথুম লাংথকপা লৈরমনি
ঐখোয়গী য়াইফবা ওইরোই
ওইরোইএ ইতারোই।

খরশা : *(অরাপ্পদগী)*
অদুদি
অদুদি ইতা ইবেম্মা

খারোমদা চেল্লগা
লাইবক য়েংশিরা ঐখোয়গী ?

শঙাই : (অনকপদগী)
খাথংবা মাইকৈসু
লবুক'মহাং নকপনি
কাওরেল শল্লুপ লৈরম্বগনি
ঐখোয়গা তিন্নবা য়াইফবোই
য়াইফবোইনে খোইনৌও ।

খরশা : (অরাপ্পদগী)
কমদৌসিগে অদুদি
নোংচুপলোমদা চেল্লগা
লাইবক'মুক ঐখোয়গী
য়েংলসিবা ইতাবোই ?

শঙাই : (অনকপদগী)
ইতা ইবেম্মা
নোংচুপথংবা মাইকৈসু
লবুক-ইখোল যাম্বনি
শনজেল'নঙাকপা লৈবমনি
কিজৈয়ে কিজৈয়ে !
(পাখংবা)
'দুদি ঐদি কমদৌনি
কদোম মাইকৈ চেল্লগা
ঐগী থব্বাই হিংগনি !
নোংপোকলোমদা চেল্লসু
খোবদাক ঈবম লনঙমলোই
কদোম চংক্কনি ঐদি !
( তেংথাবা )
হাদা পলেম
পুকফবী কৈবুল লমজাউ
ইমাগী'চিকপা তম্পাকসিবু

লমদম কৈদা লৈবিগে
অমুক্তদি তাকপিয়ু
তাকপিয়ুনে পলেম পোকপী।
(কপ্পী)

*কৈবুল লমজাউনা নুপীগী শক্তমদা তেংথাবা।*
*শঙাইনা ছিক-ছিক কপ্পা খোনজেলসু তাই*

কৈবুল লমজাউ : *হা ইমোম*
*ইমোম ইবেম্মা*
*শঙাই কৌবী নংবু তারোকো*
*ঙসি*
*কৈবুল ঐগী তম্পাক্তা*
*তারিবা তাইবং য়াম্রাসে*
*ইমোম নংবু শাদুগে*
*অম্রা মৈশা লাঙহনগে*
*তেমশিংলবা নংতেকো।*
*ইমোম ওইবী নহাক্না*
*নুংঙাই য়াবী মরাং-কায়*
*নচা'শু নাওয়োক্না*
*পুন্সি নুংশাং লৈনবা*
*কুমজা খুদিং পাঙথোকপা*
*তাইবং মখোয়গী থৌরাংনি*
*থৌরাংনিকো লাংলেন।*
*ইমোম ইবেম্মা নহাক্না*
*খোয়নৌ নতা নুংশিবী*
*খরশা কৌবী*
*মীপায় চাওবী মহাকপু*
*ইমোম নাক্তা কৌশিল্লু*
*পারী'মোম থাগোম্না*
*নিঙায়দনা লৈথোকউ*
*তাংলৌশিগী ওইনদি*

*ইমোম নংনা য়াগদবা*
*তুরৈ-ইরৈ চনগদবা*
*নমা ঐনা উদেকো*
*উদেকো লাংলেন ইবেম্মা।*

### *হি হোনবগী খোনজেল*

**ম্বারী লিবা ঃ** কৈবুল লমজাউবু য়াইল লাইফ সেঙ্কচুয়ারী ওইরবা মতুং ইং ১৯৭৫ দা শঙাই মশীং তরামরিখক্তা ঙায়রুবে। মসিদগী শাসিবু মখাতানা মনিপুরদা অমুক ফংলরোইদ্রা হায়বগী থাজবা মাঙলুবে। অদুবু, সরকারনা পায়খৎলকপা চেকশিন-থৌরাং অমসু কৈবুল মাইকৈগী মীশিংনসু শঙাইবু নৌহৌনা য়োকখৎলকপদগী মসিগী মশীং অমুক হেনগৎলকখি। ইং ১৯৮৬ তা মশীং মরিফুতরা মঙা শুরক্লুনা মকমসিদগী শঙাই মাঙখিবা ঙমলবোই হায়বগী অনৌবা অশাসু অমুক পোকনখি। ভারতকি শায়োকশং তরামঙাদা পুন্না শঙাই চামমুকসু লৈরি। মখোয়গী মনুংদা দিল্লিদা কুনতরেৎ লৈদুনা খ্বাইদগী মশীং য়ামলি। শঙাই খর য়াম্না লৈবা অতৈ শয়োকশংশিংদি-কলকটা-তরাতরেৎ, হাইদ্রাবাদ-মপল, কানপুর-মাপল, গৌহাতি-তরুক, আহমেদবাদ-তরুক, মাইসুর-তরুক্তা অথোয়বনি।

### *অতেনবা পেনা*

**ম্বারী লিবা ঃ** শঙাইদি মহৌশানা য়াম্না মিপায় চাওবী শজিনি। মঙোন্দা অতমননা কিহনবা, খঙহনবা নত্রগসু করিগুম্বা মরম অমদগী য়াম্না কিনা, মিপায়-খোঙজেল-লমজেল চেল্লি। অদুগা, মখোয়দি চৎপা মতমদা মরাই কাবা শা ওইবনা লমজেলসি চেল্লিঙৈদসু মঙক অদুমক থাঙগৎলি। মতমসিদা মাংদা লৈরম্বা অপাবা ফুমদি খঙহৌদদুনা মখোঙ পুৎথবা, খুদোংথিবা থোকপা য়াই।

***ঈশিংদা তাশিনবগী গ্রোং-গ্রোং নৈবা, শুর ফি-ফা, ফি-ফা***
***হোনবা তাই। অব্রাবা বাঁশীগা লোইন্না শঙাইনা অব্রাবা খাঙডী***

**শঙাই ঃ** *(কপলি-কপলি)*
হো কনা কনা লৈবগে
কনা কনা লৈবগে
ঐবু'মুক্তা চীংখৎপীয়ো
লোক্তক লাইজ ঈয়োননুংদা
ঈরাক্তা শিদৌরবী

শঙাই কৌবী ঐবু
'মুক্তা চীংখৎপিয়ো।
*(অব্নাবা খাঙজী)*
ও কমদৌনি !
লাইবক থিবীনা হায়জবা
কনা'মতনা তাবীদ্রে।
*(শঙাই লাবা কৌরগা হায়জবা)*
শাবী ইবুংঙো নুংশিবা
লমদম কৈদনো নহাকপু ?
থাবুম নিপাল চুপনা
পামুগী নুংশি খুদোল
মাঙফদ্রবা তাউজীং হৈরু
লুম্না য়ানা পুবগী
খোঙকাপ মঙম শান্দ্রবী
পাঙ্গল শোনবী ননাওগী
অবা পোৎলুম পোৎথাফম
নব্না হংঙা মীকপফম
তৌনা পোপতেক য়ৈরবা
ফুমদি তেরাগুম 'মোনবা
মফম'মা থিনি চৎখিবা
শামা পাঙ্গলবা নহাকপু
লমদম কৈদা লৈবগে
ননাও ওইবীগী 'ব্নাবা
'মুক্তদি কনবীরোলাও।
*(হিক হিক কপ্লী)*
মিপায় চাওবী ননাওনা
তাইবং শাউম কিদুনা
চেম্ন চেম্না লাকপদা
মিৎয়েং কারল শোয়খিদুনা
'পাবা ফুমদা নেৎলুরে
ননাওগী ইখোঙ মরিমক

ফুমদি মানা ফাজিনম্রে ।
*(শ্বর চাওনা হোন্দুনা অরাবা খাওডী)*
ও !
অস
খোঙসি করম্না ফুকৎনি ?
এ এ
হেন্ন-হেন্না পুৎথরক্নে
কমদৌনি !
শঙাই ঐগী
নিংদোল চাংজৌসে
অস
'সুম'ম থুমজিল্লক্নে
হো কনা কনা লৈবগে
ঐবু অমুক্তা চিংখৎপিয়ো
ঐবু অমুক্তা চিংখৎপিয়ো ।

*( বেকগ্রাউন্দা শঙাই শৈথাবা খুনুং ইশৈ শকলকই;*
*ইশৈগা লোইননা শঙাইনা অরাবা খাওই )*

*য়াওরৌলক্কগী অথোয়বী,*
*শঙাই কৌবী নহাক্তি*
*হায়নৈ*
*নমু তাইবংগী শাইওন্নি*
*কংলৈপুঙগী খুদোলনি*
*মালেমদা অনি শুদবা*
*লৈরোই লৈরোই লৈরোইদা*
*চাংদমনিঙায় লৈরোইদা ।*

*য়াওরৌলক্কগী অথোয়বী*
*শঙাই কৌবী নহাক্না*
*নপাঙ ঙাইনা লমজেন্নি*
*শঙাই কোলোয় মিংথোন্নি*
*য়াওরৌ ওইবী নহাক্না*

*থাবুম নিপাল নাওপুরক*
*পিবুকনুংগী নৱানা*
*ঈয়েক নাওয়েক ফংদুনা*
*তাইবং ফাওগে হায়রকপা*
*মালেম লৈভাগে থোরকপা*
*মপু মাগী নোংদমনি*
*খোইয়ুম মাগী থৌশিলনি।*

শঙাই ঃ শাৱী ইবুংঙো নহাকপু
খোঙকাপ'থাঙ থুবীরকউ
ননাও ঐগী
পিবুকনুংগী নৱাসে
মপু মাগী থৌদা ইন
তাইবং ফাওগে হায়রক্লে
ঈয়েক নাওয়েক
ফাওরক্লে ।
ইস
অয়ো
অয়ো ইমা
*(অৱাবা খাঙভী)*
ওহ্‌ঠোকপনিদা !
শঙাই ঐগী লাইবকসে
ঐবু 'সুম্না 'সুম
খাঙউথক্তা
পুন্সি পিখমনবা তারব্রা ?
*(খুর চাওনা হোল্লি)*
'দু মাঙাইরে
খোইয়ুম মাগী নোংদমনি
*(হায়জবা)*
মালেম পুন্নবু শেম্বীরিবা
শকউদবা লাইনিংথৌ
লাইবক থিবী শঙাইগী

থবাই মিরেল মঙানা
খমনুং মাইকৈ পাংথ্রিবৈঙে
ঐগী শামু হকচাংনা
ঈরোলনুংদা তিন্দ্রিবৈঙে
খোইজিখাগী নবাসিঙদি
কৈবুল ইমাগী ভম্পাক্তা
তাইবং ইপাল লাংজবা
ঙমহনবীয়ু লাইনিংথৌ
ঙমহনবীয়ু ।
*(হিক হিক কল্লী)*

## মপলগুবা

# থমোয় কায়রবী

*কৈবুল লমজাও শৈথাবা খুনুং ইশৈ*

*কৈবুল ইমাগী তম্পাক্তা*
*তোমখিল ঙাল্লিবী য়াওরৌসে*
*কদেং মাগী খুদোললনি।*
*য়াওরৌ নংগী নতিকপু*
*তাইবং পুম্বনা শিংথারী*
*কৈবুলগী কোলোয় শকনরী।*
*মপু মাগী শিম্মানি*
*ফজৈদা ইমা কৈবুল লমজাও*
*ফজৈ ফজৈ লমনুংশি*
*ফজৈ ফজৈ কৈবুল লমজাও।*

*হি হোনবা, ঈশিং উচেক ময়াম খোংই*

**ম্বারী লিবা ঃ** মীশীংনা নোংম-নোংমগী হেনগৎলকপগা লোইননা মালেমসিদা লৈরিবা শা-উচেকশিংগী লৈফম-চাফম অয়াম্বা মীওইবনা মুনবিম্রে। মসিদগী লমলক্কী জীবশিংগী ফিভম অসুম-অসুম শোকচিল্লক্কুনা মখোয় খরদি তাঙনা ফংবা মখল ওইবে। খোংগুল মুৎখিবসু য়াওরে। অসিগুম্বা ফিভম শোকচিল্লক্কবা শা-উচেকশিংবু ঙাকপী-শেনবীনবগীদমক ৱাইল লাইফ সেঙ্কচুয়ারী, নেসনেল পার্কশিং লিংখৎনরক্লি। মখোয়দুগী মদুংদা ঐখোয়গী শঙাই অদুগা মসিগী অমতা ঙায়রবা লৈফম কৈবুল লমজাওসু অমনি।

*অতেনবা পেনা*

**ম্বারী মখা ঃ** বিগ্যানগী মীৎয়েংদা, মমাংঙৈ শঙাইনা লৈরম্বা লমদমসিগী লমহাং-তুমহাংশিংবু মীওইবনা লৌউ-শিংউনবা নত্রগা মরম কয়াগীদমক শিজিন্নহৌবদগী মহাক্লা কৈবুল লমজাওদা অরোইবা চংজফম লৈখিবনি থাজনে। অদুবু, মতুংদদি শঙাইনা লৈবদা য়াম্না নুংঙাইজবা লৈফম অমা তপনা তপনা ওইরকখি। অদুগুম্বা ফিভমদু হৌজিকসু শঙাইনা কায়দনা ফংলিব্রা ?

*অতেনবা পেনা*

**ন্বারী মখা ঃ** কৈবুল লমজাউ অদুক হাকনা পাকচাওবা লমদম অমদি নতে, অদুবু, মফমসিদা শঙাইনা খরশা অমসুং লমওক্না লৈমিন্নরি। শঙাইনা খরশাগা চিনজাক *(শজিক)* মখল তিন্নরগসু মফমসিদা হুপ, হুন্দং, ঈশিং-কম্বোংনচীংবা নপী মরাংকায়না হৌবনা শজিক্কীদমক অৱাংপা লৈতে। শঙাইবু শরাক তম্বীগদবা অচৌবা শাহিংচাবা শাসু কৈবুলদা লৈতে। মরম কয়াসিনা, কৈবুল লমজাউদা শঙাইনা লৈরিসি য়াম্না নুংঙাইবা মফম অমা ওইফম থোকই।

*অতেনবা পেনা*

**শঙাই ঃ**

মাঙলমচৎতা
করামচাওবা তাইবংনা
ঐবু
তাথি'ওইন তৌবীখি।
শঙাই কৌবী ঐখোয়গী
হরাও তয়াম য়াকাবুং
চেন চোংনা শান্নফম
মফম কয়াবু কংলৈপুঙগী
মুনবীখি মখোয়না।
মখোয়গী মীওৎ মীনৈদা
খাঙওমদ্রবী ঐহাক্না
তু-খোং কয়া লান্দুনা
লোক্তাক লমদমসি য়ৌরকখি
মতমদুদা
পলেম শকপী কৈবুলনা
ঐবু তরাম'রাম্না
লৌশিনবীখি ইতারোই।

**ন্বারী মখা ঃ** মনিপুর অপিকপা রাজ্যনি। মফমসিগী পোৎথোক্না ঐখোয়গী শিজিন্নবা কোন্নদে। খোনিগী পোৎথোক লৈতে, অচৌবা কোল-কারখানা লৈবদা খুদোং চাদে। লমদমসিদা তম্পাক্কী মী অয়াম্বনা চানরিবা ঙাগী পোৎথোক অয়াম্বা শরুক লোক্তাক্কীনি। কৈবুল লমজাউসু লোক্তাক্কী শরুক ওইবনা ঙা মরাং কায়না লৈ অদুগা, মফমসি শীং, ই,

য়েনজাং, মনা-মশীং কয়াগীসু পুকৈনি। অসিগুম্বা মীওইবগী দরকার ওইবা পোংথোকশিবু পং-পুমদুনা মাঙহনবগী মহৎতা মফম, মতম চানা শিজিন্নগদবনি হায়নবসু লৈ। অদুবু মফমসিগী পোংথোক লৌথোকপদা অথিংবা লৈত্রবদি পৃথিবীদা মমীং লৈরবা শঙাইদি করমদৌবা ? ঐখোয় খুদিংমক্না লমলক্কী জীবশিংগা লৈনরিবা মরি মুন্না খঙমিন্নদুনা, শঙাইসু হিংবা অদুগা মীওইবগীসু কায়দবা থৌরাং পাইখৎপনা লমদমশিগী তাঙলবা লন শঙাই কনবদা অচৌবা মতেঙ ওইগনি।

*অতেনবা পেনা*

শঙাই ঃ (*হায়জবা*)
হে তাইবং মীওইবা
নখোয়গী চনু নিঙোল
য়াওরৌ ওইবী শঙাইনা
হায়জরি।
চহী কুমজা কয়াদগী
লোক্তা ঈপাক তোরবানগী
ইং-তপ্পা নিংথিরবী
কৈবুল লমজাউ লমনুংশি
তৌ-শিঙউৎ-শিঙনাং লক্তা
অরোইবা চংজফম লৌরকপা
নখোয় রক্তা লৈরকপা
লেমহৌরিবা পুন্সিবু
অকি'খঙ পোক্তনা
নখোয় লক্তা লৈজগে
নরুম থুপনা পেনজগে
চিক্লা ইংনা হিংজগে।

য়ারী মথা ঃ কৈবুল লমজাউদা শঙাই ঙাক-শেল্লিবশিংনা অৱাবা, খুদোংথিবা কয়া মায়য়োকনরি। মফমসিগী থোক-থোক নোম্বা ফুমদি মথক্তা হাথু হাথুনা চংথোক-চংশিন য়াদে। ফুমদি কক্লগা শেম্বা হীরমসু য়াম্না থুনা ফুনজিল্লকই। পার্ক ঙাকশেল্লিবশিংনা অনৌবা মতমগী খুংগু-খুংলায় ফংদে। অদুগা, অতমননা শাদানবা চংলক্লিবা মখোয়দি, অফ-অফবা খুংলাই পাই, মীৎ-না শিংলবা হুই লোইনবসু য়াওই। অসুম্না পার্ক মনুংদা নিয়ম কায়না চংলকপা মীশিংবু লাকশিনবা য়াই।

শঙাই ঃ

ইতা ইবেম্মা
হৌজ থেংখাঙ কয়াদা
মীনুংসি য়াওদ্রবা তাইবংনা
ঐবু শাদুগদবগী
কোয়না লৈনা থিরকখি।
অদুগা
তাইবং লোনচৎ খঙদ্রিবা
খোমলাং মায়য়োকনরিবা
পারি ইমোম কয়াবু
মখোয়না
মমা ঐগী ইথাদগী
চিংথোক্লুনা ইম্মাংদা
তাওবা শরাক তমহনখি।
*(থবাই নুংঙাইতনা)*
য়েকনা খুৎতা তারবী
উপায় লৈত্রবী ইচানা
মমা ঐবু কৌদুনা
চোঙ-ফল্লা খাঙজখি।
অপোকপী ঐবু চিংনয়েং
কনবীনবা হায়জখি
কয়া কপ্পা লাউজখি
লাউজখিনে ইতারোই।
*(কপ্পা)*
অদুবু
নুংশী খঙদ্র মখোয়দি
ইচাগী 'ব্রাবা মতৌদা
থাক্ল'ক্লা নোক্লুনা
মমা ওইরিবী ঐগী

থমোয় লাইযুম কায়হনখি ।
অদুগুম্বা নুমিৎতো
ইচাগী 'রোইবা মিকুপতা
নিঙমদা মীৎয়েংনা
লৈনা চেপ্পা য়েংলকখিবা
ঐনা
খাঙমদনা খাঙখিবা
ঙসিসু
ময়েক লানা নিংশিংলি ।

*হি হোনবা, ঈশিং উচেক ময়াম খোংবা*

**ব্রারী মখা ঃ** লমলক্কী শা-উচেক লৈবা মফমদা য়ুমশা চংবনা অহানবদা লমগী শাসিংবু খুদোংথিবা থোকহল্লি । ভারতকি নেসনেল পার্কশিংদা য়ুমশা চংশিনবা, মখোয়গা শজিক চাফম তিন্নবদগী মফমদুনা থমলিবা শা-উচেক কয়া মাঙহন তাকহনখিবগী ব্রাবী লৈ । আসামগী কাজ্জীরঙ্গদা চেকশিন্না য়োকল্লিবা শামুগন্দা, কোরবেদ নেসনেল পার্ক্কী বরাসিনহ অসিনচিংবা শাশিংবু এনপ্লাকস, মখোঙ, মচিন অমসুং মরৈ নাবগী লায়নানা পাক-শন্না হাৎখি । ইং ১৯৪৯ দা অব্রাংথংবা কছারদা লৈবা শামু চামায়াথ্বেবোম লৌনগনবা লায়নানা হাৎখি হায় ।

*অতেনবা পেনা*

**ব্রারী মখা ঃ** কৈবুল লমজাউগী অকোয়বদা ঈশিং অদুগা মনুংদা ফুমদি মরাংকায়না লৈবনা মফমসিদা চহীচুপ্পা য়ুমশা চংবা ঙমদে অদুবু, ঈকংথাদদি পার্ক্কী মফম থরফাও য়ৌশিন্না শন-ইবোই চংশিল্লগা শজিক চায় । শঙাইনা চাগদবা শজিক অয়াম্বা মখোয়না চাথোকই নত্রগা নৈখায়দুনা মাঙহল্লি । মরমসিদগী কৈবুল লমজাউগী চীদায়দা হৌরম্বা মহাওলৈবা, অফবা শজিক মখল অয়াম্বা তপনা-তপনা মাঙশিল্লক্তুনা মদুগী মহৎতা কৌখা, কাকথুম, চুমথাঙগুম্বা নপী হৌজিল্লক্লি । অদুগা পার্ক মনুংদা কবোউরীসু চংশিল্লক্লে । অসুম্মা নৌনা শন্দোরক্লিবা নাপীশিংসি শজিক ওইনদি মহাও য়াওদে, শঙাই নত্রগা য়ুমশা অমতনা মখোয়বু চাবীদে । ভারতকি অতে মফমগুম্না কৈবুল লমজাউদসু য়ুমশাদগী শঙাইদা লৌনগনবা লায়না শন্দোরকপা য়াই ।

শঙাই ঃ (*ঝানা নাহেবা*)

অয়ো, অয়ো
হুম, হুম
করিনো
করিনো তৌরিসিবো !
ঐবু তশেংনা
অনা লায়চেল্লবা হায়দুরা
ঝারেদা ঐদি।
করিগুম্বা ঐনা
ফৎত নুংদকা থোক্লদি
অস কমদৌনি !
ইমোম ইবেম্মা
খোমলাং মায়য়োকনরিবী
ঝাহৌরনিদা নংদি
কনাগী মরুমথুপনা
লৈহৌনি ইচাদি !
( *শ্বর চাওনা হোনবা* )
করমনো ঐবু
থংলেন মানজ মহাকসু
কৈবুলগী 'শোঙবা নারকসিদা
কনা খঙদনা লৈরকপা
ঈশিংনা পল্লোন কোয়রিবা
ফুমগী মোমপাকথকসিদা
কাম্বোং মরুদা মোনখাঙনা
তৌ, শিংউৎনা মাইথ ওই
হেদো নাহে চল্লকপা
থাবু মপুঙ ফারক্লে।
কাং হুয়িং মরক্তা
অহিং-মিংশেল খাঙনা
শাবী মাবু ফমশেন্নরকপা

কোরৌ শিংবুম কয়াগী
অবা মৈচাক হায়দুরা ?
নত্রগা
মাগী শামু হকচাংদা
তাঙজ উফম লৌরম্বা
লায়না মহীক হায়দুনা
ঐগী শিংলি-নওরীদা
'মুক হন্না চংশ্রবরা
শঙাই কৌবী ঐসু
অয়ো মৈচাক ফাওরক্লে ।
*(নাহেবা)*
অয়ো
অয়ো ইমা
ইতেং পাংবীনবসু
কন'মতা লৈতেদো
ঐদি ওহ্নোক্লা ৱারেদা ।
ইতা ইবেম্মা নুংশিবী
হৌমিন কামিন্নরকপী
হৌজ থেঙখাং কয়াদা
'ৱাবা খাঙমিন্নরক্লবী
খরশা কৌবী ইতানা
লমদম কৈদা চংশ্রবা ?
*(ৱানা কৌবা)*
হো ইতা
খরশাও ইতা 'বেম্মা
নহাকপু
লমদম কৈদা লৈবগে
শঙাই ঐগী য়াৱাবু
তারিব্রনে খোয়নৌ
নতা ঐগী ইমুংসে
অৱা মৈশা লাংলেদো ।

লাইবক খিবী ঐগীদি
ইতা ইবেম্মা নহাক্কা
ইবুং শক্লবা লমওক
নখোয়নিতনি।
অদুবু খোয়নৌ
শাওগল্লবা মহাকসু
ঐনা কৌবা তাখিদ্রে।
অদুগা নংসু
লৌনগনবা লায়নানি
ইনাক চণ্ডলকপা কিব্রা
নখোয়সু নারকনি খনব্রা
খনব্রনে ইতা নংবো ?
*(অৱাবা খাণ্ডী)*
হুম হুম
অয়ো!

ৱারী মখা ঃ নুমিৎ খুদিংগী শণ্ডাইনা অণ্ডনবা অয়ুক অদুগা নুমিদংৱাইদা শজিক চাবা পাম্মী। শণ্ডাই মপীনা শজিক চাবা চৎথোকলমদাইদা পিক্লিবা মচাবু অশোণ্ডবা নাপী মরক্তা লোৎশিন্দুনা হেক-হেক থমলম্মী। ঐখোয় মীওইবা মরক্তা মমানা মচা শুমলম্মগুম।

*অতেনবা পেনা*

শণ্ডাই ঃ *(মচা থেম্বা)*
ইমাগী ইমোম নহাক্তি
থাবুম মপুণ্ড ফাদ্রিবী
নৱা ওইরিবী শজীকনি
ঈথক্লা ঈপোমনরবা
তাংথক নাইবা ফুমথক্তা
নমা ঐগী তুং-ইনণ্ডমলোই
লাংলেন নংবু লৈরম্মু
খোমলেন তুমখুল তাল্লম্মু
*(নাওশুম ইশৈ ওইনা)*
*হুম, হুম তুমলোকো*

ইমোম নংবু তুমলোকো।
থাবুম মপুঙ ফাদ্রিবী
নবা ওইবিবী নহাকনি
হুম, হুম তুমলোকো
ইমোম নংবু তুমলোকো।

ঈথক্লা ঈপোম হৌরবা
তাংথক নাইবা ফুমথক্তা
নমা ঐগী তুং-ইনঙমলোই
ইমোম নংবু লৈরম্মু
খোমলেন তুমখুল তাল্লম্মু
হুম, হুম তুমলোকো
ইমোম নংবু তুমলোকো।

ইমোম ওইবী নহাক্লা
চাওব শারেপ ফারগা
হৈজীং খরাই লৌগনি
অওং 'উন তমদুনা
ঐগী শাগৈ চাওহনগে
কৈবুলগী মীংচৎ শন্দোক্কে
ইমাগী নিংবা থুংহল্লু
হুম, হুম তুমলোকো
ইমোম নংবু তুমলোকো।

ইমোম নংবু চাওদ্রিবী
থাবুম মপুং ফাদ্রিবী
নবা ওইরিবী নহাকপু
খোমলেন তুমখুল তাল্লম্মু
ইমোম নংবু লৈরম্মু
হুম, হুম, তুমলোকো।
ইমোম নঙবু তুমলোকো।

**ৱারী মখা ঃ** লমলক্কী শা-উচেকশিংবু য়োকখৎপগী থৌরাং ওইনা জঙ্গল মৈ থাবসি করিগুম্বা মফম খরগী নেসনেল পার্কতা কান্নবা খর ফংলবসু মফম খুদিংমক্তদি ফংদে। মহৌশাদি, ঈকংথাদা কৈবুলগী ফুমদি মৈথাবসি শঙাই ঙাকশেন্নবগী থৌরাং ওইনা পাঙথোকলম্মী। হৌজিক্তি থৌরাংসি অমুক মখাতানা তৌদ্রে। ফুমদি মৈ থাবনা কুমগী হানৌ ঙন্না চোংহনবা ঙম্মী অদুবু মদুনা তুংকোইনা শজিক ৱাৎতনা পিবদি ঙমদে। হানৌ চোংবা হৌরকপদা চাথোকখিবা অমসুং নেখায়দুনা মাঙহনখিবনা অয়াম্বনি। অদুগা, হন-হন্না মৈ চাকখিবা মফমদা হৌবা অৱাংবা নাপীসু চহী খুদিংগী অসুম অসুম নেমশিলক্কুনা শঙাইগী লোৎফম-লৈফম-মরুমথুপফম ৱাৎশিল্লকই। খঙহৌদনা ফুমদি মৈচাকলকপদা মিপায় চাওবী শঙাইনা অপাবা ফুমদা পুৎথদুনা অৱাবা তাবা, অদুগা, খোঙথাং চুন্না চৎপা হৈত্রিবা শঙাই মচানা লম্মৈচাকপদা য়াওখিবা য়াই।

*অতেনবা পেনা*

শঙাই *(শজিক চামিন্নরম্বী খরশাদা হায়বা)*
খরশা কৌবী ইতারোই
নংদি
হূপনৌ শজিক চিন্দমহৌখো
কোরৌনা নারল ৱাইদ্রিঙৈ
ঐদি
ইরালয়াইদা হল্লন্নগে।
ঐগী থাবুম ফাদ্রিবী
খোঙকাপ কাফৈনরিবী
ইমোম লাংলেন লৈহৌরী।
তোয়াচীঙগী নাপোমদা
'শোঙবা তৌ-শীংউৎলক্কা
হায়বা ইনবী ইমোমদো
খোমলাং মায়য়োকননিংবনা
ঐগী মাইকৈ য়েংনা
খুৎশা খুবী চিন্দমনা
মমা ঐবু ঙাইরমলনি।
*(অরাপ্পদগী মচা কৌরকই)*
ইমোম ইবেম্মা

নংবু তারিব্রা ?
ইমোম
হুপনৌ শজিক চিন্দমলুবা
নমা ঐহাক হল্লক্রে
ইমা লাক্লে ইবেম্মা
লাকও, লাকও থোরকলো
পায়বা পিবুক পেন্নব
খোমলাং মায়য়োকনররো ।
*(মচা লৈরমদবা, পাখংনা)*
হী করিনো !
ঙসিদি
কোরৌ অতৈগা মান্নদে
ইমোম লাংলেন উদেনা ।
নুংতি নুমিৎ খুদিংগীদি
মমা ঐনা লাকপগী
শাউম খজিক ফংবদা
কাফৈ কাফৈ চৎতুনা
তুরোই ঙারোই চেম্ব্লোরকপনি ।
*(কোইচৎ চৎতুনা থিবা)*
ঐগী মীৎয়েং শোইরব্রা ?
হুম শোয়দে
ঐগী মীৎয়েং শোইদে ।
মফমসিদনি
তৌ, শিঙউৎ-শিঙনাংনা
লাঙপোক য়ৈনা হৌরবা
অকংবা ফুমথকসিদনি
ইমোম মাবু শুমলম্বা
মানি শোয়দে
মফম'সমক্তদনি
ঐনা মাবু শুমলম্বা ।

অদুগা
মাদি কদায় চৎখ্রবা ?
*(নুমিৎতা য়েংলগা হায়জবা)*
হে থক্তা ঙাল্লিবা
কোইরৌহনবা ইবুংঙো
নোংদোলথক্তা লৈদুনা
তাইবং শিনথুংনা উরিবা
মালেমগী 'মম্বা কোকহল্লিবা
তাইবংদা মঙাল পিরিবা
নহাকনি ।
মফমসিদা ঐনা
ইমোম থাদোই শুমলম্বা
নহাক্না ঐগী কোকতোন্দা
মোমোন নোক্না য়েংহৌবনি
নহাক্তনি উহৌবা
নহাক্তনি খঙহৌবা ।
ঐগী ইমোম লাংলেন্দো
মফম কৈদা চৎখরে
ইচাগী লৈফম তাকপীয়ু
তাকপীয়ু ।
*(কপ্পা)*
হাদা ইমোম ইবেম্মা
নহাকপু
ফুমদি মৈহৌ লাংপোক্তা
ইচাগী পুন্সি লোমখ্রব্রা
তাইবং খুৎতা তাখ্রবরা ?
শোয়ররোই
ঐগী ইচাদো
য়েক্না খুৎ চল্লমলগনি
ইমাগী ইবেম্মা

ইমোম নংনা লৈত্রবদা
ঐনা হিংলুবগী কৈদৌনি
ঐগী শামু হকচাংসু
লোক্তাক লাইজদা শিন্নরগে
অদুগা
থব্রাই মিরেল মগুানা
'শোংবা নারক-শিংলকসিদা
কৌজেং-হারৌ ওন্দুনা
মপুগী কোলোর শক্লগে
থব্রাই য়াওদ্রবা পোলাংনা
ফুমদি রক্তা তিন্দুনা
লেমলৈ চিনজাক ওইরসু
ইমাগী লাংলেন
ইমোম ইবেম্মা।
*(হিকনা হিকনা কল্পী)*

**তরাশুবা**

# ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু

*বেকগ্রাউন্দা শঙাই শৈশাবা খুংনং ইশৈ*

*য়াওরৌলক্তুগী অথোয়বী*
*শঙাই কৌবী নহাক্পা*
*তাঙথক নাইবা ফুমদিথক*
*য়াওরৌ খোঙকাপ তানবদি*
*শাথেক হৈবী নুজাগী*
*জগোয় খুথেক ঙমজেদা।*
*কংলৈপুঙগী খুদোলনি*
*মালেমদা অনি শুদবা*
*লৈরোই লৈরোই লৈরোইদা*
*চাংদমনিঙায় লৈরোইদা।*

**শঙাই ঃ** *(নিঙমদনা)*
চহী কুমজা কয়াদগী
শঙাই কৌবী ঐবু
তাইবং চনুনিঙোলনি খম্না
লমদমসিগী ইবুং'পঙবাশিংনা
লুনা চান্না তৌবীরকপনা
ঙসি ঐহাক্পা
কৈবুল ইমাগী তম্পাক্তা
তাইবংবু শুমহংপা
জগোয় খুথেক্তা লোইননা
কংলৈ ইমাগী মিংখৈবু
শকচবা ঙমলিদো ইতারোই।
অদুবু
তাইওন্নবা তাইবংনি

লেপতবা মতমগী য়াওলনা
য়েলহৌঙেগী অরিবা
চৎনবোল কয়া য়াওগ্রে
অরাপ্পা মীয়মগী চৎনবী
চাওখৎ-খোঙথাংগী মমী
কয়া'য়া লমদমসিদা
য়ৌবক্লেদো ইতারোই ।
ইতা ইবেম্মা
উরেদনা নহাকসু
অইংবা লোক্তাক লাইজবু
চীংলোন লান্না পুরগা
লৈমতাক্কী ঈচেলদা
তিলহন্নি থৌরাংলিবা
তাইবং মখোয়গী
খুৎশেমসে অঙকপা ।

**ন্নারী লিবা ঃ** পাক-চাওরবা লোক্তাক পাৎকি ঈশিংবু নিয়ম নাইনা শিজিন্নবগা বীজলী শক্তি লৌগনি অদুগা পাৎকি অহেনবা ঈশিংনা লোউ-শিংউবদা শিজিন্নবগা পোৎথোক-চাথোক হেনগৎহনগনি হায়বসিনা লোক্তাক প্রোজেক্কী পান্দমনি । থৌবাংসি মায়পাকনবগীদমক ঈথায়দা দাম শাদুনা মনিপুর তুরেলগী ঈশিং থৎলগা লোক্তাক্কী ঈমায়বু চহীচুপ্পা ৱাংনা অমসুং লেংদনা থমনবা শিল্লি । মসিনা লোক্তাক্কী অকোয়বদা লৈবা লৈহাও চেল্লবা লবুক কয়ামা ঈশিং থুমজিনহন্দুনা লৌউবা য়াহল্লে, পাৎকি ঈশিং ময়াক, অক-অথেনগী ফিভম হোৎলকপগা লোইননা মফমসিগী পাম্বী, শা-উচেক-ঙাশিংগী মখল, পোৎথোকসু অসুম অসুম হোৎলক্লি । অসুম্না হোৎলক্লিবা ফিভম কয়াগী মনুংদা কৈবুল লমজাউদা শঙাইগী অমতা ঙায়ববা লৈফমসু য়াওরি । প্রোজেক অসিনা শঙাইগী তুংগী লাইবক লেপ্পদা য়াম্না চাওবা চৈনা-চৈফু অমা তপনা-তপনা পিরক্লি ।

*নুংশিৎ শিৎলি*

**শঙাই ঃ** *(শ্বর চাওনা হোনবা)*
অঙকপনি !
থৌনা-লিংজেল ভাইবংগী
শাফু কম্না চেল্লিবা

মনিপুর তুরেলগী
অয়াঙবা লমজেল থংখরে।
তুরেলসিগী
মৌখংলকপা লাইজনা
কৈবুল ইমাগী অরোনবা
শকলোন'ত্তুম কয়াবু
অসুম'সুম চামথোরক্লসিদা
শঙাই ঐগী পুক্লিংসি
ঙহাক্তাফাও লৈতাবা
ফংদ্রবনি ইতারোই।

*অতেনবা পেনা*

**ব্বারী মথা ঃ** মহৌশনি কৈবুল লমজাউগী ফুমদি অয়াম্বা ঈকংথাদা লৈখাগী লৈপাক্কা হেক হকে শর্মনৈ। মসিনা ফুমদি মথক্তা হৌবা নাপীনা লৈখাদগী লৈহাও মতিক চানা চুপখৎতুনা জর জর চাওখৎলি। অসুম্না চহী খুদিংগী ফুমদি পাকথোক-চাওথোকহল্লি, থাগৎহল্লি। লোক্তাক প্রোজেক লিংখৎলকপদগী ফুমদিগী অসিগুম্বা য়াওলসি কায়শিল্লক্লে। মথোয় অয়াম্বা চহী চুপ্পা ঈশিং মথক্তা তাওদুনা লৈরে। মসিনা ফুমদিবু চহী খুদিংগী থাগৎহনবগী মহৎতা অসুম পাথহল্লক্লুনা মথক্তা শঙাই চৎপা য়ারক্তবফাও য়াওরে। ফুমদি অয়াম্বা ঈশিং থুমজিল্লক্লে। অসিগুম্বা কৈবুলগী লেপত্তনা হোংলকলিবা ফিভমসিদা শঙাইনা য়াম্না নিংবা কায়না হংলি ঃ

**শঙাই ঃ** চহী চুপ্পা
লাইজ ঈপাল লাংলবা
কৈবুল ইমাগী তম্পাক্তা
পামু মাগী নুংশি হৈরুবু
করম্না খুল্লুনি ইতারোই।
পলেমগী তুবুম ওইরিবা
তৌ-শিঙউৎ-শিঙনাংনা
অসুম'সুম মাঙশিল্লক্লসিদা
লাইবক থিবী ঐহাকী
লোৎফম লৈফম কৈদনো!
ফিভমসিদা ঐনা
মরুম থুপলুনি কনাগী?

(লমওক্তা হায়জবা)
হাদা ইবুং শক্লবা লমওকও
চহী কুমজা কযাদগী
নচল ওইবী য়াওরৌনা
ইবুংগী
নরুমথুপনা লৈবকপা
অম্বা'না লৈরক্তে
মখাতাবা পুন্সিসু
ইবুং লৈরি থম্না
চাওখোকচগে নচলনা।

*অতেনবা পেনা*

লমওক : *(নিংবা কায়না)*
ও ইচল শক্লবী
য়াওরৌও শঙাই শকহেনবী
লোক্তাক প্রোজেক্ত মহাক্লা
মতম কৌবা লাইগী
ওমথিরবা শকফমদৌ
অকি তুজুং ফাওহনবা
ইস!
য়েংউ তৌরিসে
ময়া লাওনা কাখোক্তুনা
ঐখোয়বু
পুম্না য়োৎকে মতাঙুম
খোঙকাপ-খোঙজেল য়াঙনা
এ, এ চেনশিল্লক্লে!
মাঙলমচংকি য়াংলেন্দা
য়াওরৌও নুংশিবী নহাক্লা
কৈবুল মাইকেদা ওংলকঙৈ
ইচলগী তুবুম তেকহল্লোই

নবুংবা
শারী পাম্পোল লোমখিবা
ঙসি কৌবা নোংদগীদি
শারী ঙাকপা ঙমলয়োই ।
নিঙমখিম্রেদা ওহ্রোক্লা
শারীশো !
মতম মাগী য়াওলদা
ইচল ওইবী নহাক্লা
চৈনা'থেং কয়া'ম্না
খাঙঙমদনা মায়য়োকনরিবা
নবুং ঐনা অয়াম্বা
লোইনা-ঙমনা খঙইদো ।
অদুমহেক্তি ওইরগা
ইচলও'নুংশিরবী
নবুং ঐনা খুদুম শীং
চিম্বাল থক-খা চীকনা
খাঙঙমদনা খাঙবা নতনা
থৌনা অমতা লৈতবে ।
( *কপলি কপলি* )
মতম মাগী খোঙজেলদি
খোঙকাপ মশীং য়াম্বীদো
খোঙথাঙ মশীং শুরিবা
খুবৈসু চেৎনা থাঙলিবা ।
নবুং ঐবু অয়ম্বা
পুকলৌ-পাওরৌরনু
খোইখা-জিনখা [illegible]নু
পাইমা কিশি [illegible]নু
ইচল নংবু নুংশিবী
য়াওরৌও হে শঙাই
লাইবকখিবী নহাক্লা ।

*অরাবা বাঁশী। তৌ, শিংউৎ নাপীশিংনা হায়জবা*

শণ্ডাই ঃ

কৈবুলগী ভুবুম ওইরিবী
তৌ-শিঙউৎ-শিঙনাং নুংশিবী
য়েলহৌঙেদগী ঐনা
নখোয়গী রক্তা লৈরকপা
নকমথুপনা হিংলকপা
অরা-অনা লৈরক্লি।
শণ্ডাই কৌবী ঐগী
নখোয় য়াওদ পুন্সিদি
লাইজ লৈত্র লেমলৈগুম
লাইবক থিবী ওইরনি
পিদোল্লবী শণ্ডাইবু
থাদোকপিনু নখোয়না।

*নোংলৈ নুংশিৎ মরক্তা তৌনা তেংথাবা*

*তৌ ঃ*

*য়াওরৌলক্কগী অখোয়বী*
*শণ্ডাই কৌবী নহাক্তি*
*খোয়নৌ লেংমায়বীনি*
*ইতা হায়না কৌরগে*
*কৌরগেকো য়াওরৌও।*

*ইতা ইবেম্মা নহাক্লা*
*চহী কুমজা কয়াদগী*
*তৌ-শীঙউৎ ঐখোয় রক্তা*
*নোংজু-নুংশা খাঙলকপ উরগা*
*ঐখোয়না কয়া পেনজৈদো।*

*য়াওরৌলক্কগী অখোয়বী*
*শণ্ডাই কৌবী নহাক্লা*
*অদুগৈ*
*কৈবুল লমজাউ ওংলকপগৈ*
*ইমাগী খাঙচেং ওইরিবী*

*থাঙব্রেন মাগী তম্পাক্তা*
*খোরদাক মাগীনা তোরবান থক*
*পাবোং তোয়াগীসু নাপোমদা*
*য়াওরৌ ওইবী নহাকপু*
*নতা ওইবী ঐখোয়না*
*তবাম'রাম্না ওকখিবদু*
*কাওরব্রনে ইতারোই।*

*অদুবুনে খোইনৌও*
*মতম মাগী য়াওন্দা*
*কৈবুল ইমাগী তম্পাকসে*
*নতা ওইবী ঐখোয়সু*
*য়াইক লমদম'মুক ওইব্রেদো*
*ইতা ইবেম্মা নহাকপু*
*লোংঙম্নগী ঐখোয়না*
*পাঙ্গল থৌনা লৈতরে*
*নতা ঐখোয়বু*
*বারৌ-পুকলৌ থমলনু*
*থমলনুকো হা য়াওরৌও*
*শঙাই শকহেনবী নহাক্লা।*

*অতেনবা পেনা। থাঙব্রেন-য়াঙবীদা অমুক হায়জবা*

শঙাই : চহী লেংগা ওইরিবী
খোয়নৌ ইতা চান্নবী
থাঙব্রেন নংবু তারিব্রা ?
ইতা নংগী শেগাদা
শঙাই কৌবী ঐহাক্লা
লৈরকপদি কুমজা কয়া
অবা অনা নংলক্ত্রি ।
মখা তাবা পুন্সিসু
নখোয় নরক্তা লৈজগে
হরাও তয়াম লৈনজগে
কাউথোকপীমুকো ঐবু।

থাঙব্রেন য়াঙবী ঃ (থবাই নুংঙাইতনা)
খোইনৌও ইতা নুংশিবী
শঙাই কৌবী নহাক্লা
কুমগী ঈশিং ঈচাওদা
ফুমদি মৈহৌ লাংপোক্তনা
থাঙব্রেন ঐগী ইরুম থুপ
অল্লা পোৎথাবা উরগা
ঐনা কয়া হরাওজে।
য়াওরৌ ওইবী নহাক্লা
নশাবী পাঙ্গলবা মাগা
থাঙব্রেন ঐগী তম্পাক্তা
অপাম-নুংশি চিল্লোকনবা
তাওজীং হৈরু খাইনবা
ঐনা নুংঙাইনা য়েংজেদো।
অদুবু
খোয়নৌও নুংশিরবী
নহাক্কী 'সিগুম্বা
নুংঙাইরবা পুন্সি লিলাবু
মথা 'মুক উরয়োইদ্রা
খল্লুবদা
ঐদি ওয়োক্লা ৰাপ্রেদা।
মতম মাগী য়াওলদি
কল্লবা নোংলৈ নুংশিংনি
পাঙ্গল শোল্লবী নতানা
মায়য়োকনরুনি করম্মা ?
থাঙব্রেন কৌবী ঐঙোন্দা
বারৌ-পুকলৌ থল্লনু
থল্লনুকো ইতারোই।
(হায়জবা)
হে তাইবং মীওইবা
নখোয়গী চনু-নিঙোল

শঙাই কৌবী মহাক্না
অপাম-নুংশি মীৎচানরিবা
থাঙব্রেন-য়াঙবী ঐগী
অচীকপা শক্তমসিতদি
মাঙহনবীনু কৈদৌগে ?

শঙাই : *(ফুমদিদা হায়জবা)*
কৈবুল ইমাগী তম্পাক্তা
ঈথক'পোম লাংলিবী
ফুমদি কৌবী নহাকসে
শঙাই ঐগী ইচেম শক
নাওয়োক'কোনবীরকই
তেরা মোমপাককুম মোল্লবী
নংগী নমদা চাওরকই ।
কুমশীং কয়া কাংদনা
পোয়ক্লবী ঐহাকপু
অবা পোৎলুমনি থারনি
চরৈ নাহোং শৎপিগনুকো
ইচেম শক্লবী নহাক্না ।

*নোংলৈ-নুংশিং মরক্তা*

ফুমদি : চহী কুমজা কয়াবু
হাদা শঙাই শকহেনবী
নহাক্না
ফুমদি ঐগী ইনমদা
চেন-চোংনা শান্নরকপা
অবা পোৎলুমনি থল্লুদে
মালেমদা অনি শুম্রবী
য়াওরৌলক্তগী 'থোইবী
নংগী তাইবংবু শুমহৎপা
জগোয় খুৎথেক তাম্বাবু
ফুমদি ঐনা পিবনি

খল্লু বদা চাওথোকচৈ।
অদুমহেক্তি ওইরগা
শঙাইও চান্নরবী
নচেম ঐবু ব্রায়ৌনু
ঈচেল য়াঙবী মতম্না
ঈপোম হৌনা হৌরকপা
অকনবা চৈনা-চৈথেংবু
ফুমদি ঐনা পুঙমদ্রে
খাঙবা অমুক ঙমলক্ত্রে।
লোক্তাক ইমাগী মীৎলুদগী
পাথোরকপা লাইজনা
চহী চুপ্পা চামখিবনা
নচেম ঐগী উনশাসি
অসুম'সুম পাশিল্লক্রে
য়াওরৌ ওইবী নহাক্কী
জগোয় খোঙকাপ-খোঙথাংদা
খুজিল লোঙখুম মমীতা
অয়ো চৈনা কাওরক্রে।
ঐগী
কোকথক্কী শমলাং ওইরম্বী
তিংথৌ-তিংগোই কয়াসু
লাইজ ঈপাল লাংঙমদ
ঈরোলনুংদা লুপখিবনা
য়েনিং তুম্বী হনঙমদ্রে।
কিভমসিদা
লাইবক খিরবী রক্তা
লাইবক খিরবী লময়ৌনা
য়াওরৌও শঙাই নহাক্কী
লোংকম লৈকম কৈদনো ?

শঙাই : *(পাবোং, তোয়াচীঙদা হায়জবা)*
হাদা ইবুং শক্রবা
তোয়া-চীঙজাউ-পাবোংচীঙ

নশাইগোন্দা নখোয়গী
নচল ঐনা লৈজবা
ফুমগী ঈচাও খাঙজবা
ফুমদি মৈহৌ-লাংপোক্তা
নরুম থুপনা লোৎচবা
নিংথিরবা ইবুংগী
হৈকোল-লৈকোল নুংদগী
চানিংবা হৈবাং খনজবা
চীননিংবা লৈরাং হেকচবা
তাইবংদা কনা লৈত্রবী
হিংবগী মমী শামলবী
লাইবকথিরবী য়াওরৌনি
তাম্বোকপিগনু ইবুংও।

তোয়া চীঙ ঃ

ইচল'বেম্মা নুংশিবী
শামা পাঙ্গল শোল্লবী
পিদোল্লবী য়াওরৌও
নহাক্না
নবুং তোয়াচীঙ ঐগী
লোইরোইনবা
চীঙমায় নাপোমদা
নোংজু নুংশা খাঙদুনা
অন্না পোৎথাবা উরগা
পাইমা খৈনা পেনজৈদো।
নবুং ঐনা কল্লিবা
নিংথি হৈকোল-লৈকোলসে
অতৈ কনাগী নত্তেদো
ইচল ওইবী নংগীনি
পাইমা নুংদা খঙউকো।
*(থবাই নুংঙাইতনা)*
অদুমহেক্তি ওইরগা

নবুং ঐনা ঙাক্লিবা
লোইবী চীঙয়া তময়াসে
ঙসিদি
মহৌশা খুৎশেম কায়রেদো।
য়েক্লা-তিঞ্চং য়াম্বনা
ইচল ওইবী নহাক্লা
নিঙতম্না শান্নজবা
নুংঙায়বদুমক্তি মন্নাৎলনি।
নিঙমদবগী পিরাংলক্তা
অন্না-হইজোঙ লাংলবা
পাথৌ ইবুংঙো নুংশিবা
পাবোৎচীঙগী তময়াসু
মতমগী লৈম্মে নংদুনা
হৃপনৌ শজিক চোংঙমদা
হৈরাংনা হৈমুন ফাঙমদা
লৈরাংসু লৈশাৎ তমঙমদনা
খোইবু-খোইনিং ইন্দ্রেদো।
নোংদমথিবা মপোককুম
ইচলগী য়াইফচেনবা
কোরৌ ন্নাংলেন'মা
'মুক হন্না লাকলরোইদ্রা
নিঙমহৌরোইদা নবুংনা।

শঙাই : *(কৈবুল লমজাওদা অরোইবা হায়জবা)*

হাদা পলেম শক্লবী
কৈবুল লমজাউ পুকফাবী
নমোম ওইবী শঙাইনা
ইমাগী তম্পাক্তা লৈরকপা
কুমজা'মওন য়ামলক্রে।
চানবী হৈবী পলেমনা
নমোম ঐবু কোনবীরি
মখা তাবা পুন্সিসু

ইমাগী তম্পাক্তা লৈদুনা
নুংঙাই য়াইফনা হিংজগে
নমোম ঐবু চেকশিন্না
নাওকোনবীয়ুকো পুকফবী।

কৈবুল লমজাউ : *(শঙাইগীদমক য়াজবা)*
ইমাগী ইমোম
শঙাই কৌবী নহাক্না
অদুগুম
লোক্তাক মাইকৈদা খোঙদারকগে
কৈবুল ঐগী তম্পাক্তা
হরাও-তয়ান্না শান্নবিবা
কংলৈগী মতিক শৈথাদুনা
জগোয় খুৎথেক উংখিবা
তাইবংবু শুমহৎপা শক্তমদো
নমা ওইবী ঐহাক্না
কাউবা ঙমলোইকো লাংলেন।
মালেমগী তাঙলবা লনওইবী
শঙাই কৌবী নহাকপু
নুমিৎ-থানা থোকলিবমখে
ইথানুংদা ইমানা
চেৎনা নাওয়োক'কোননিংবনি
অদুবু
লেপতব মতম য়াওলদা
ইমাগী য়াখল পরিংসে
তৎথ্রদ্রা লমখাঙদা
ওত্থোক্না য়াথ্রেদা ইমাদি
*(তেংথা ইশৈ ওইনা)*
*ইমাগী লাংলেন নুংশিবী*
*শঙাই নংবু নিংখিরবী*
*মতম মাগী য়াওলদা*

নমা ঐগী শক্তমসি
অসুম'সুম কায়শিল্লক্রে।
লোক্তাক্কী লাইজনা ঈথুমলবা
নমা ঐগী তম্পাকসে
ইমোম 'বেম্মা নহাক্কী
থাবুম মপুঙ ফাদ্রিবা
খোমলাং মায়য়োকনরিবা
পারী নমোম মখোয়গী
লোৎফম লৈফম য়াররোই
য়াররোইকো লাংলেন।

ইমাগী লাংলেন
শঙাই কৌবী নহাক্তি
মপুগী মাঙফদ্রবা হৈরুনি
ইমোম নংগী মীংচৎনা
নমা ঐবুসু শক্তাকপিরে
খঙহল্লক্রে মালেম শিনথুংনা
মদুনা
পলেম নমা ঐহাক্কী
খোমলাং লমন শিংলেকো
শিংলেকো লাংলেন ইবেম্মা।

ইমাগী লাংলেন
ইমানা
নুপীজা পাঙ্গল ওইবনা
ইমোম নংবু হাকন্নবা
পাঙ্গল-থৌনা লৈতরে
মতম কৌবী মহাক্কা
মায়য়োক মিৎচানরুবা
ইমানা 'মুক ঙমলরোই
'মুক হন্না ঙমলরোই
নমা ঐবু য়ারৌনু

*য়াঐৗনুকো য়াওরৌও*
*হাদা শঙাই*
*লাইবক থিরবী*
*পিদোল্লবী নহাক্তা।*

*নোংলৈ-নুংশিং কম্না শিংলি। মৈচাকপা মখোল তাই*

শঙাই ঃ *(য়াম্না নিঙমদনা)*
ওয়োকপগী লাইবকনি
শঙাই কৌবী ঐহাক্কী !
ঐগা হৌমিন-কামিন্নবকপী
খোয়নৌ ইতা চান্নবীশিং
তৌ-শিঙউং-শিঙনাং নুংশিবী
ইবুং'পাউবা শক্লবী
পাবোং-চীঙজাও-তোয়াচীঙ
মখোয় শ্বাই খিবিকসু
শঙাই ঐবু হাকন্নবদা
অবা মৈশা লাংলেদো।
*(শ্বব চাওনা হোল্লি অদুগা কপ্পা কপ্পা)*
পাম্বোম লিশিং পাল্লবা
মতম মাগী
শাইওন শক্তমনি অঙকপা !
মাগী পাম্বোম অমনা
শাফা লাংগী শক্তম লৌ
ঐগী
অবোনবা লম্বী থংখবে।
মাগী পাম্বোম অমনা
খুংগু থাঙলেন ওইদুনা
ঐবু
শাদুগদবগী থিরক্লি।
কুমগী ঈশিং ঈচাওদা

ফুমদি মৈহৌ লাঙপোক্তা
ঐগী
চংজফম-লোৎফম তামখ্রে
শঙাই ঐনা
লোৎকদবা কৈদনো ?

*মৈচাকপা মখোল মরক্তা শঙাইনা হিক হিক কপ্পা*

হো কনা কনা লৈবগে
কনা কনা লৈবগে !
ইয়ুম
কৈবুল লমজাউ ঈথুমলক্লে
ফুমদি মৈচাকলক্লে
মাইকৈ পুম্বা লাং-থাক
য়েকনবনা লাংগোয় চনশিখ্রে
ইদু নিংথৌ
কনা কনা লৈবগে !
**ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু**
**শঙাই ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু**
**শঙাই ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু**
*(হিক হিক কপ্পী । তপ্পা-তপ্পা খুনুং ইশৈ শকলকই)*
*ইয়ুম*
*কৈবুল লমজাউ ঈথুমলে*
*ইপাম খাম্বী মৈহৌরে*
*ইদু নিংথৌ লৈতবরা*
*খাম্বী মৈকল্লো*
*মৈকল্লো লাও ।*

